ওমর খয়্য়াম্গী

# রুবাইয়াৎ



ভবেন্দ্র লোংজাম্বা

ওমর খয়্য়ামগী

# রুবাইয়াৎ

অনুবাদক

ভবেন্দ্র লোংজাম্ব।



থম্বালনু পব্লিকেসন্স

য়াইরিপোক্ থম্বালনু সাহিত্য মরূপ

য়াইরিপোক, মণিপুর।

# OMAR KHAYYAMGI RUBAIYAT.

( Translated from the 5th edition of Fitzgerald )

- *Published and printed by:*

  Raghubir Thiyam on behalf of the,
  Yairipok Thambalnu Sahitya Marup,
  Yairipok Manipur at Robindro Comp ,Yambem

- *Cover designed by :*

  Dwijendra Longjam

- *No. of copies :*

  1000 (One thousand)

- *Price :*

  Rs. 50/- (Fifty only)

- *First Edition :* 2003

- *Available at :*

  (1) Thambalnu Sahitya Marup, Yairipok
  (2) All the leading Book Shops

# নীংশিংজবা

লাইরিক অসিগী মনুংদা ৰাহৈগী অরোইবদা ‘।’ হাপকদৌবদা ছাপা নম্বদা চিংথরম্বা খরা থেংনরে; মদূ চুমথোকচনবগী পাম্বৈ লৈখিদ্রে। অদুনা, পাবীরিবনা অৱাংপদূ মেক্সিনবীদুনা পাবীনবা হায়জরি, মথংগী খূংনমদদী অসোয়বদূ য়াওহঞ্জরোই। অদূগা লামায় ৯ দা Verse হায়বদূ Verses, লমায় ১১ দা nor wit হায়বদূ nor your wit, লমায় ২০ দা Sallow হায়বদূ Shøllow, লমায় ৭৯ দা Sould দু Soul, হায়না অমসূং লমায় ৮৩ দা nor wit পু nor your wit, হায়না ওইগদবনি।

প্রুফ রিদর।

লৈখিদ্রবা ঐগী নুংশিরব মরুপ

৺ডাঃ ইরোম (আইঃ আরঃ) বাবু সিংহগী মহকমদা

কৎথোকচবা:

## পরিকেসনকী মায়কৈদগী

শ্রীজবেন্দ্র লোংজম্বা কোংবম্দগীনি। শোক ১৯৪০ ইংদা পোকই। মণিপুরগী শীংথানবদা য়াওরিবা ডক্তর নম্দক যোগেন্দ, গ্যনেন্দ্র, মহেন্দ্র, রাজেন্দ্র নচিংবা মীয়াম্না শকখঙলবশিংগী ইমুং-মনুংনি। মচিন-মনাওনি। হৌজিক মশাগী চহি ৬৩ শুরে। শোক ১৯৬০ ইংদা বিঃ এঃ অমসুং ১৯৬১ ইংদা বিঃ টিঃ গৌহাটি য়ুনিভরসিটিগী মখাদা পাস তৌখি। য়াইরিপোক্তা লৈবা অজাদ হায় স্কুলগী (হৌজিক্না হায়র সেকেণ্ডরি ওল্লবা) ময়াম্না পাম্নখিবা ইংলিসকী ওঝানি। য়াইরিপোক গার্লস হায় স্কুলগী ফাউন্দর হেড মাষ্টরসু ওইরমই। মরাইবক লৈত্তবদগী পুন্সিগী চারগেৎ (পান্দম) ইচুম-চুমদে। মরম অদুনা মশক খোকপা থবকশিং মায়-পাক্না পাঙখোকপদা শেল-থুমগী অবাবা লৈবনা খুরৌ কয়া থাংখি। মহাক্কী লৌয়নবী অমসুং মচাশিংগা পুন্না হৌজিকত্ত কোংবা-কৈথেলদা লৈরি।

মীওইবগী পুন্সিগী খোঙচৎপু কনানদি তক্না ওহগে? থাশি ওইরম্বদগী থানিল ওইরকপা, করিনীদি ওক্কুগনি? অমম্বনা কুপলম্বা মালেমদা খঙহৌদ্লনা লুপা মচুগী থাবলনা কাচিন-কোয়া থুংনা চাইথরক্লবদা করম্না জীবনা, উপাল-রাপাললনা, চীং-পাৎ-তুরেললনা প্রকৃতি-খুৎশেম অনিমন্না নোমোন নোক্লেইদৌবা লৈবগে? শ্রী জবেন্দ্র লোংজম্বা লৈখিদ্রবা ডক্তর আইঃ আরঃ বাবুগী চান্নজবা মরুপনি। মান্ন-মান্নবা তিন্নবনি। মান্নবা চেক্লাশিং চাক্তামিন্নে, পাইমিন্নে। অদুগুম্না, হৌজিক্তি কনা খঙদ লৈরম্বা, লোৎশম্বা, সাহিত্যগী মচাকশিং থাজদনা শাফোঙলকলে ডাক্তর আইঃ আরঃ বাবুগী মরুপ, চহি লৈশিনরুবা জবেন্দ্রগী কলমদগী।

ওসিদি মীয়াম্না হংনরক্লে মশাগী অথিক অবস্থা খঙলমদ্রবশিংনা, "নহানুমধৈ কৈদৌদনা লৈ?" "মমল য়াম্‌হনবিরা?" অসিনচিংবা য়াম্‌হং কয়া-কয়া। অইবসিগী কবিঅশিং, হন্দোকপা কয়া থৌজিকসু ফোঙওমদনা লৈরি। সমুদ্র মনুংদা মণি লৈবা থাজবগী য়াংশদনি। অহানবা থোকলকলিবা অইবগী পোথোকশিং মীয়াম্না কয়া পায়থংনদ্রিবা থৌজিক-থৌজিকমকতি মণিপুরী সাহিত্যদা য়াম্নমক গ্নোবেলাইজেসনগীদমক দরকার ওইরিবা অফালেসন য়াওনি। মমীং চংথ্রবা পার্সি কবি ওমর খয়য়ামগী রুবাইয়াৎ, অতোনবা শৈরেং, পরেং মরীনা শাবা ফ্রাঞ্চেইল অমসুং জপানিজ হাইকুশিংগী মথল অসিবু এদ্রাদ ফিৎসজেরাল্ডগী ইংলিজী অনুবাদতগী মণিপুরীদা অমুক হন্দোকুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কদা অইবনা হাপচিনবিরকপনি। শৈরেং মথলসি য়াইম, রিদমদা ফোঙদোকপা, সিলেবল তরা-তরানা শাবা, পরেং মরীগী মনুংদা অহুমদি য়াইমিং হ্রিম লৈবা, অতোনবা-ফজবা মথলনি। শ্রী ভবেন্দ্র লোংজাম্বা "য়াইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরুপ"কী ফাউন্দর মেম্বর ওইরকপনা, থম্বালনু পল্লিকেসনকী খুথাংদা, হন্দোকপা লাইরিকসি সংস্থাম্না পুথোকচবনি। হন্দোকলোইনা মমল য়াম্নবা ওমর খয়য়ামগী রুবাইয়াৎপু ঐথোয়গী পল্লিকেসন্দা শিন্নবিরকুনা ফোঙদোকচনবগী খুদোংচাবা পীরিরকপগীদমক সংস্থানগী মায়কৈদগী থরাও-তয়াজা ফোঙদোকচরি। লাইরিক অসি থম্বালনু পল্লিকেসনগী কুনত্তবা খুদোলনি। ওসিদগীদি মীয়ামগী থুডা অমুক্কা শিন্নজরি শ্রী ভবেন্দ্র লোংজাম্বাগী মণিপুরী রুবাইয়াৎশিং অমুক্তং পাবিনবা লোয়ননা মমল লেপ্পিরক্রবা। থাগৎচরি।

রঘুবীর থিয়াম
জেনেরেল সেক্রেটরি, থম্বালনু সাহিত্য মরুপ,
য়াইরিপোক, মণিপুর ॥

ওমর খয়্য়ামগী

# রুবাইয়াৎ

এদৱার্দ ফিৎসজেরাল্দগী ইংরেজী অনুবাদতগী
মৈতৈলোন্দা অমুক হন্দোকপা

ভবেন্দ্র লোংজাম্বা।

# ৱামাঙ্।

পারিস্য দেশকী খোরাসান জিলাগী নৈশাপুর শহরদা খৃঃকুঃ ১০৫০ দা ওমর খয়্য়াম পোকখি। মাগী মপুংঙবা শাংবা মমীংদি গিয়াসউদ্দিন অবুফথ ওমর বিন ইব্রাহিম অল-খয়্য়ামি কৌই। খয়্য়াম হায়্রিবা মহক্কী তখল্লুস (অশাবা মিং, pen-name) অসিনা মহাক্কী তঁবু (দস্তুর) শাবগী শিন্‌ফম্ পায়্বা ঈমুংগী মীনী হায়বা তাক্ই। অতৈ পার্সি কবি কয়াসু মখোয় মখোয়গী ঈমুংদুগী শিন্‌ফম্‌দগী লৌদূন মমীং খোন্‌বা অদুম্ চংমখি—হীদাক্-লাংথক্ য়ান্‌ববুনা 'অত্তার', থাউ শুম্লগনা 'অস্‌সার' অসুম্না য়ুম্নাক্ মিংখোন্‌বা চংনৈ। ওমর অহান্‌বদা মপা-মপুগী শিন্‌ফম্‌দা খোঙদারম্লবসু কাইনথঙদদি মহাক্ অঙ্ক, দর্শন শাস্ত্র অদুগা মরূওইনা জ্যোতিশাস্ত্রদা য়াম্না মমীং চংপা মী অমা ওইখি। সুলতান মালিক শাহগী থৌজাল্ মরাঙকায়্না ফংদুনা নুংাইখি। সুলতানগী থৌদা মতুং ইন্না জলালি কৌবা অনৌবা চহি কুম্বা (কেলেন্দর) অমা পুথোক্‌খি। বীজগণিত তসূ মহাক্না নিবন্ধ ( treatise ) ইরম্মী। মতম্‌দুদা মহাক্কী লোঙ্গাদা বিঞ্জানগী লম্‌দ মহাক্কী লাম্না লৈতে, মান পূম্‌হেল্ হেল্লি হায়্। মহাক্ মখূৎমক্না ইরম্বা রুবাইয়াৎসি য়াম্‌দ্রবদা চাত্রেং য়াম্নেদি ওইগনি, মদুদগী হেন্নম্নসু য়াই হায়না পানৈ। মহাক্না ইরম্লিবা ময়াম্‌সি লীসাংশীংনা চথবা, অমগা অমগা মরী শম্নবা ৱারোল্ নত্রগ ৱারী অমত্তা ওইদে।

রুবৈয়াহ হায়্‌বসি পরেং মরীনা শাবা শৈরেং মচা হায়্‌বনি; ময়াম্ খঙ্ণবদনা রুবাইয়াৎ হায়্‌বা। ইংলেন্ডী দনা ক্বাত্রেইন্ (Quatrain), তেত্রাস্তিক (tetrastich) হায়্‌বদুনি। ওমরগী রুবৈয়াহ অমমম্ খুদিংমক্ শৈরেং অমমম্‌নি,

কবিগী থম্মোইদা লাক্পা ৱাখল্ ইথিল্ অমমম্দু অর্থ লৈবা তেন্ত্রিক্ তেন্বা মওংদা হায়্রম্বতনি। মহাক্কী রুবাইয়াৎশিংসি কবিগী মশাগী পুক্সিদা থেংনখিবা, থোক্খিবা ময়াম্দু পাউদম্নি, লাইরিক্ ওইনা ফোঙ্দোক্লবা ইরম্বসু নত্তে। মীওইবা পুন্সীগী অমসুং বিশ্বজগৎ সিগী মরম্দা লৈরিবা লোইনাইদ্রবা ৱাহং কয়াসি কবিগী থম্মোইদা ফাউরক্পদু উৎথোক্লি। মীওইবগী পুন্সীদা পঙ্গল্ থোক্ওম্দনা শোন্না হিংলিবা, নোংদম্বা মাগী তম্থিরবা থৌওংশিং অমসুং মীওইবা ঐথোয়্না করিসু খঙ্জদবা অপঙ্বা ওইনা হিংলিবা পুন্নমক্সি কবিগী ৱাখল্দা মমি তারক্খি অমসুং মাগী রুবাইয়াৎতা ফোঙদোক্ই।

দ’ হর্বেলো ( D'Herbelot ) না খয়্যামগী মরম্দা পল্লম্বা ৱারী মফে মচা অমখক্—খয়্যামগী পারক্বা ময়াম্গী মরক্তাখ্বাজা নিজামি কৌবা সমরখন্দা মচা অমা য়াওই হায়। নিজামিগা মাগী ওজাগা লৈকোন্দা ফম্দুনা ঈতৎ-তত্তন ৱারী শানৈ হায়্। নোংমদি মাগী ওজানা অসুম্না হায়্জবজাৎনি ‘অৱাং মায়্কৈদগী শীৎলক্পা নুংশীৎনা গুলাব লৈনা চাইথরগদৌবা অদুগুম্বা মফম্দুদ।ঐগী মোংফম্ শোয়্দনা ওইগদবনি।’

ৱাফম্সি তাবদা নিজামি ঙক্পা পোক্খি। অদুবু ৱাদ্ পঙ্হায়্ হায়্রম্ব ওইখিদে। ওমর খৃঃকুঃ ১১২৩ দ নোঙ্গাখি। মহাক্ লৈখিদ্রবা মতুং কাইনথঙ্দ নিজামিনা নৈশাপুরদ কোয়্রুবদা মাগী ওজাগী মোংফম্ য়েংলুনবগী তাঞ্জা ফংদুনা চৎলুবদদি উখি; ওমর খয়্যামগী মোংফম্দু লৈকোল্ অমগী হেক্ মনাক্মক্তদা লৈরম্খি অমসুং লৈকোন্দুগী চেক্পল্ মনাক্তা হৌবা উহৈ জুম্-জুম্ পান্বা উশা কয়া সন্দোক্লক্লুনা মোংফম্ মথক্ য়ৌরম্খি অমসুং হৈ

।

মপাল্ ময়াম্না কুপশিন্খিদুনা মোংকম্গী নুংদু মশক্ উবা ফংলম্দে। কুঅরাল্দদি অসূম্না হায় 'কনাগুম্ব মী অমত্তনা মহাক্ মফম্ কদাইদ শিগনি হায়বা খঙ্দে।' ওমরগী মফম্দদি মদু তায়োম্মনা থোক্খি ! মাগী মোংফম্ ওইগদৌবা মফম্দু মশান খঙ্জবগুম্ তৌখি। পুন্সিগী, তাইবঙ্পাল্গী মনুং হঞ্জিন্না লৈশ্রবা, অরুবা য়াহং, পাখোঙ্ কয়াবু ফোংনবগী পান্থে ফংলক্রুবদা অমসুং সমস্যা কয়াবু কোক্হন্বা ঙম্মবগী লম্বী য়াখল্না লাম্বা ফংলক্রুবদ। ওমরনা সংসারগী মপাম্থোংগী ওইবা পোংলম্সিংগী ফজবা অমসুং নুঙাইববু লৌখত্নুনা শৈথাবা হৌরক্খি, অদুগা 'চাদূনা, থক্কুনা পুন্সিবু নুঙাইনা লেম্থোকউ, হিংলিঙেসিদা' হায়্বা য়াখল্লোন্সি পাউজেল্লক্খি—তাইবঙ্গী অয়াবা পুন্সীদগী ঙাইহাক্ লীখোক্তুনা পোথাবা ফংজনবা।



এদবার্দ ফিংসজেরাল্দ খৃঃকুম্ ১৮০৯ গী মার্চ কী তাং ৩১ দা ব্রেদফিল্দ হোল, সফ্ফোক্ তা পোক্খি। মচীন্ মনাও নীপাল্গী মনুংদা মানা তরেংশুবনি। মহাক্ কেম্ব্রিজ বিশ্ববিদ্যালয়গী ট্রিনিতি কলেজদা তম্লক্খি অমসুং ১৮৩০ দ দিগ্রি ফংখি। মহাক্না য়াম্না নক্সিন্নবা লুনা তিন্নবা মরুপ্সিংগী মনুংদা চার্লস্ অমসুং আলফ্রেদ তেন্নিসন্ অদুগা য়িলিয়ম্ এম: থেকরে শুনি। শেলথুম্গী অয়াবা লৈতনা হৌরক্পা পুন্সীনি অমসুং পুন্সীদা শীমদি ফংদবা, ওইদবা য়াদে হায়্বা অককবা পান্দম্ লৈরক্তে ; অচম্বা পুন্সী মরেল্দা লৈরক্ই, য়ার্দসর্বথ কি ' হিংবনা চম্ম হিংবা অদুগা য়াখল্না য়াংনা খন্বা' হায়্বা প্রভাব অদৃগা চুশিন্না লৈরক্খি।

বিজ্ঞানগী চাওখৎলকুনা অনৌবা ৱাখল্লোন্ অমসুং শিদ্ধান্ত (Theory) কয়া পুথোক্লক্পগী ফল্ ওইনা মতম্‌দুগী নহারোল্‌সিংনা খৃষ্টিয়ান্ ধর্মগী অচেৎপা চৎনব-লোন্‌চৎ কয়াগা তেম্‌শিংনরক্পগী ঈহৌ লাক্পদু মাগী ৱাখল্‌দসু মমি তাখি। হীরমদুদা মরুপ্-মপাঙ্ কয়াগা লোয়্‌ননা নুঙাই-নুঙাইরবা, মরু হক্পা তর্ক কয়া খোয়্‌জঙ্‌না তৌনখি।

খৃঃকুঃ ১৮৫৬ তা লুসি বার্তন কৌবী নুপী অমগা লুহোঙ্‌খি ; অদুবু মাগী নুপীগা মাগা মোত তিন্নবা লৈমিন্নবা ওম্‌দবদগী থা তরুক চুপ্পা খৎনরবা মতুংদা পুক্নীগী ওইনা কায়্‌নখি। ফিৎসজেবান্দন মীয়াম্ চম্মক্রবা কান্দা কেম্ব্রিজদা তোয়্‌না চৎপদা এদৱার্দ বাইলিজ কাৱেল কৌবা অফাওবা ওরিয়েন্তেল স্কোলার অমগা সক্‌খঙ্‌নদুনা মরূপ্ ওইখি। মহাক্কী থৌইনশিনদগী মহাক্না স্পেনিস অমসুং পার্সি লোল্‌শিং তম্‌দুনা হৈখি। মরুপ্ অসিনা ওমরগী খুৎই লাইবিক্তগী শিন্দোক্পা রুবাইয়াৎ ময়াম্ অমা মঙোন্দা ১৮৫৬ দা ফংহন্‌খি অমসুং মদুবু মহাক্না ইংগ্রেজীদ অনুবাদ তৌখি অদুগা ফ্রেজর্স মেগজীন দা ফোঙবীনব পীরুবদা য়াবক্‌খিদে।

১৮৫৯ দা মশানা খরচ্ পুথোক্‌চদুনা ওমর খয়্যামগী রুবাইয়াৎসি অহান্‌বা খৃৎনম্ ওইনা কোপী ২৫০ নম্‌খি, মমল্‌না শিলিং অমদা য়োন্নবা। অদুবু লাইরিক্তু কনা অমত্তনা লৈবিদ্দুনা লাইরিক্ য়োন্‌ফম্ দুকান্দা পত্তুনা লৈখি। মমল্ হন্থহন্দুনা, মথংদা, লাইরিক্তু পেনি অমদা য়োলহন্‌খি। শিত্তদুনা লাইরিক্ অমল্‌বা ওইন চেথী-চেগুম্ মরক্ত তাদুনা লৈখি। ১৮৬০ দা কবি স্বিন্‌বর্ন, রোসেত্তি অমসুং অতৈ খরনা থেংনরুরবদা পোত্তুগী অশেংবা মগুন্, ফজবদু খঙ্‌লক্তুনা মখোয়্‌না সন্দোক্পদগী মীয়াম্না পাম্নবা লাইরিক্ ওইখি। চার্লস্ এলিয়ত নোর্তন না লাইরীক্‌শিবু অমেরিকাদা সন্দোক্‌হন্‌খি।

*ভিক্তোরিয়ান্ যুগতা অনৌবা মীরোল্‌ন অরিব চৎনলোন্‌চং কয়াবু শীংনরক্লুনা অনৌবা পুন্সী মওং অমগী ঈহৌ লাক্‌পদা ওমরগী পদ—*

A Book of Verse underneath the Bough,
A Jug of Wine, a Loaf of Bread—and Thou
Beside me singing in the Wilderness—
Oh, Wilderness were Paradise enow!

*অসিনা নুপী, নুপা, নহা কয়াগী মচীন্দা লাই তোংবগুম্ তোংখি— মদুনা মখোয়্‌গী খাখল্ লমজীং ওইনখি। ফিংসজেরাল্দ অচৌ-অশাং শাগৈগী মচানি, মরল্-মথুম্ মতীক্ চানা নৈ, অদুবু অকে-অমৌ পুন্সীবু খোয়্‌দারুদে, চম্না হিংখি। মকোঙ্গী কোক্লীংলগা কোক্ই কোক্লিওদ্রগা তোক্ই, অনান্‌বা ফি-রোল্ তোয়্‌না শেত্তে, মাগী কাদূদা লৈবা পোৎ অমত্তা মক্ষম্‌চানা লোইশিন্দে, পূম্‌চাই চাই। লাইরিক্ পাবদা খাওরি-খাওরি পাগন্দে, বিষয় খূদিংগী লাইরিক্সু পাই। মহাক্ কবিনি লোয়্‌ননা অনুবাদকনি। পার্সি, স্পেনিস অমসূং গ্রীক্ লোল্‌গী লাইরিক্ কয়া মহাক্না ইংল্লেজীদা অনুবাদ তৌরম্মী।*

*খয়্যামগী রুবাইয়াৎ অসি প্রো: অর্থর জে: অবেরি, জোন লেস্লি গার্নর: ই: এইচ: হুইনফিল্দ না ইংল্লেজীদা অদূগা এম: নিকোল্যাসনা ফ্রেঞ্চ লোন্দা অনুবাদ তৌদুনা লৈ ; অদুবু ফিংসজেবাল্দগী অনুবাদ অসিনা মীনা পাম্বা অমসূং থাগৎনবা ঙীহেন হেল্লী। মাগী অনুবাদ অসিনা ওরিজিনেলদগীসূ হেম্না ফজে হায়্‌বনবা য়াউ য়াউই।*

ইংরেজী কবি, অইবা থোমস হার্দি না কোক-মোন্‌গা অইনদূনা লৈরক্কবা মতম্‌দুদা ওমর খয়্যামগী অশান্নবা পদ অমথক্‌ পাদুনা মাবু অহন্‌বিয়ু হায়রম্‌খি হায়, পদদূদি—

Oh Thou, who Man of baser Earth didst make  
And ev'n with Paradise devise the Snake;  
For all the Sin wherewith the Face of Man  
Is blacken'd—Man's forgiveness give—and take !



১৯৫৯-৬০ অদূগ্নাইদা ফিৎসজেরাল্দগী ওমর খয়্যাম (এম্রিমেজ লাইব্রেরী, লন্দন না কোড়্‌বা) কোপী অমা থেংনখি মুহম্মদ, ঐখোয়্‌গী অহল্‌শিংনা পারম্বা। চেনা অম-অনী য়েংবদা মথোঙ্‌ খণ্ডদে, লৌসিন্‌ফম খণ্ডদে, ফজফম্‌ খণ্ডদে। তারক্‌খি মীন ফজে হায়্‌নবদি। 'য়ু খজিত্তংগা, তম্‌ মচেং অমগা, শৈরেং লাইরিক্‌ অমগা' গা হায়্‌বা পদদূ অফাওবা খয়্যামগী মতৌক্লি হায়বা মীনা হায়বা তাবদগী খণ্ডবোই ফাবোই তৌদুনা লাক্‌ই। থোইনগু হেন্না পানীংলুদে। ১৯৬৮ দা অয়াইমা (ডাঃ লোংজম্‌ যোগেন্দ্র) না য়ু: কে: দা কুইনা লৈরুরবা তুংদা মণিপুরদা তঙ্‌তানা লৈননবা হল্লক্‌খি।

*মহাক্না ঐবু উবদা— ঐগী মচী লেঙ্দ্রবা, মিহৌনীঙাই ওইদ্রবা পুন্সীবু উরগা, খয়্যামগী পদ অমখক্ ব্রণ্ড-ব্রণ্ড থীধরক্খি—*

The Moving Finger writes; and, having writ,
Moves on: nor all your Piety nor Wit
  Shall lure it back to cancel half a Line,
Nor all your Tears wash out a Word of it.

অমুক্তা তাখিদ্রি, পাসূ পাখিদ্রি। লোল্লক্পদূ তাবদা অর্থ লোইনা লৌবা ঙম্মী, ফজফম্সু খভিঙ। ঐনা হেক্ ঙল্লিবদি, খয়্যামসি মহাক্না ১৯৪৭-৪৮ অদুরাই মতম্দা পাখিবা ওইরম্গনি, অদুগা মদূ কাউরম্দনা চীন্ফা থীধরক্পদুদনি। য়ূম্দা লাক্লগা লাইরিক্তু ফাক্তুনা য়েংবদা পদদূ থেংনরে, ময়েক্ অমত্তা চেন্নদে। খরা লৈরগা লাইরিক্তু লোইনা পারে; অহুম্-মরীরক্ হঞ্জিন্না পারে। মৈতৈলোন্দা অনুবাদ তৌব ঙম্গদ্রা হায়্না য়েংনিংবা অমা পোক্খি, হোৎনদুন য়েংখি। খয়্যামসি মৈতৈলোন্দা কনামত্তনা অনুবাদ তৌখিদ্রি খল্লূই। অদূনসূ অয়াম্বা তৌনিংলুবনি। তৌরে। ঐগী অনুবাদতু পুদুনা শ্রীথাংজম্ ইবোপিশক্ কবিগা ব্রা খন্নরুগে চৎলুবদা মঙোন্দগী খঙ্লক্খি, মসি খরা কুইরবগী মমাঙ্দা ইরেংবম্ বিজয়না অনুবাদ তৌদুনা ফোঙপ্রে; কোপীগাদি হৌজিক্ ফংনদ্রে। মহাক্না খরা য়েংলগা ঐগীসীসূ ফোঙদোক্পা ফৈ হায়্না মোত পীরক্খি। রুবাইয়াৎ সি অনুবাদ তৌদুনা ফিৎসজেরাল্দনা অহান্বা ওইনা ফোঙ্বসি ১৮৪৯ দনি, অদুগা মঙারক্শুবা অমসুং অরোইবা ওইনা ফোঙ্লম্বনা ১৮৮৯ দনি।

অহানবা সংস্করনগী মতুং অবা শুংকোঙ পুম্নমক মহাক্না পেন্দদুনা শেম্‌দোক্‌পা নাইখি। সংস্করন পুম্নমক ৱাহৈ-ৱাতা মওং মতৌ খর-খরা খেম্নে। অদুনা ইংরেজীগী কোপী খুদিংমক্তদি সংস্করন অনী নত্রগা অহুম্‌দি খন্‌গত্তুনা ছাপা তৌনৈ। ঐগীসিদদী মাগী মওাশুবা সংস্করন অদুখক্তমক লৌখংলগা অনুবাদ তৌজরে, অতৈদুদি শোক্লদ্রে।

মৈতৈলোল্ অনুবাদসিগা ফিংসজেরান্দ মসাগী ইংরেজী অনুবাদতুগা চুংশিন্ননা য়েংবা নুঙাইনবা মাগী মওশুবা সংস্করন অদুসু লাইরিক্সিদা হাপ্‌চরি।

ইথোক্‌পদি লোইরে উচিন্-নাচিন্না। লাইরিক্ ওইনা পুথোক্লবগী পাঙ্গল্‌দুদি ঈরৈ লৈতে। তাঙ্গাসিদা নোংমা থেংনখি বাবুপাড়াদা ঐগী মরূপ অরিবা শ্রী নাহাক্‌পম্ মণি সিংহ, পোখারবা প্রিন্সিপাল, আজাদ হায়র্ সেকেন্দরি স্কুল ( গোভ:), য়াইরিপোক্ ফনা কুইনা উনখিদ্রবা তুংদা। চা থক্‌ফম্ অদুদা ফমদুনা ৱারী শানবদা ঐগী লাইরিক অদুগী ৱাফম মঙোন্দা হায়। মতা চারুদুনা মেনুস্ক্রিপ্ত অদুসু য়াওবদগী মঙোন্দা উংলে। লাইরিক্ ওইনা নম্‌থোক্‌পগী থৌদাং পোংলুম পুম্নমক মহাক্ত পুবীস্ত্রে। মহাক্কী মপান্দগীনি লাইরিক ওইনা ছাপা তৌদুনা পুথোক্লিবসি।

অদুগা থম্বালনু পব্লিকেসন, থম্বালনু সাহিত্য মরূপ, য়াইরিপোককী মখাদা লাইরিক অসি ফোংবিয়ু হায়জরুবদা হরাও হরাও য়াবিরকপদগীদমক সংস্থান অসিবু ঙমখৈ লৈতনা থাগচ্চরি।

অনুবাদক্।

ওমর খয়্যামের

# রুবাইয়াৎ

(ফিট্‌স্‌জেরাল্ডের ৫ম সংস্করণ, ১৮৮৯)

# Rubaiyat
## of
## Omar Kháyyám

---

### 1

WAKE! For the Sun, who scatter'd into flight

The Stars before him from the Field of Night,

Drives Night along with them from Heav'n, and strikes

The Sultán's Turret with a Shaft of Light.

ওমর খয়্য়ামগী

# রুবাইয়াৎ

১

হৌরোনে ! তাস্থোক্‌খ্রেসে চাইখায়্‌দূনা নোংপোক্‌ কোরৌনা লোইনা,

মমাঙ্‌দা নৈরম্বা অহিংগী লৈমায়্‌দগী থব্রান্মীচাক্‌ ঙম্মা,

তাস্থোক্‌খ্রে অহিংবুস্‌ য়াওনা অতিয়া মকোয়্‌দগী, অদূগা

কাপ্‌থরক্লে সুল্তানগী শঙ্গায়্‌ তম্মা মাগী মঙাল্‌ তেঞ্জেনা।

2

Before the phantom of False morning died,

Methought a Voice within the Tavern cried,

'When all the Temple is prepared within,

Why nods the drowsy Worshiper outside ?"

3

And, as the Cock crew, those who stood before

The Tavern shouted— 'Open then the Door!

You know how little while we have to stay,

And, once departed, may return no more.'






অমম্-অঙাল্ সিমরম্‌দা্রুদা, মঙ্গি মঙ্গ্নিদি তৌরিবা,

নীংখি ঐনা খোঞ্জেল্'মা তাখিবোই মীথুংশঙ্ নুংদগী লাউরক্‌খিবা,

'লোইরবদা থৌরাঙ্‌পুম্বা থবক্-থনা লাইশঙ্‌নুংগী,

কৈদৌরি নঙক্ নোম্‌দুনা মপান্দা, তূম্‌সীৎ ফাদ্রবা লাইনীংবা ?'

৩

অদুগা, অহান্‌বা য়েন্‌খোংদা লেপ্লন্নিবা'পুম্বা মীথুংশঙ্‌মাঙ্‌দা

লাউরক্‌খি পুল্লপ্ হৌনদুনা, 'থোঙ্‌জাওসে হাংদোক্লোদা !

নত্তে লৈগদবা ঐখোয়্ কুইনা'সিদা, নত্তা নখোয়্ খঙ্‌লিবা,

অদূগা, নত্রে হল্লক্কদবা অমুক্ হন্না, চৎপু চৎখ্রবদা।'

4

Now the New Year reviving old Desires,

The thoughtful Soul to Solitude retires,

Where the WHITE HAND OF MOSES on the Bough

Puts out, and Jesus from the Ground suspires.

5

Iram indeed is gone with all his Rose.

And Jamshýd's Sev'n-ring'd Cup where no one knows

But still a Ruby kindles in the Vine,

And many a Garden by the Water blows,

৪

অমন্বা আশাবু থব্রায় হান্নীবদূনা অনৌবা চহীনা[১] ঙসিদি,<br>
পোথাদূনা য়াতাপ্রে রাখল লৈবা মহাক্তি অচীকপা মফমদুদা,<br>
মোজেস্কী[২] অঙৌবা মখুৎ থিন্দোক্লিবা উকাদূগী হৌনফম্,<br>
অদূগা, অরা-সোর্‌দি হোন্নফম্ যিশুনস্[৩] ফুয়্নদি।

৫

মাগী গুলাব পূম্বা পুদূনা ইবাম্স্[৪] চৎখ্রে তশেংনা,<br>
খূজী তরেৎনা লৈতেংবা জামসীদ্কী[৫] প্যালাদূনা কৈদা, খঙদে কনানা;<br>
অদুবু ঙাম্লি অসুম্ পদ্মরাগ অমদি অঙ্গুর পাম্বীলক্ত হৌজিক্সু,<br>
অদুগা তোর্বান্তাবা লৈকোল্ কয়াস্ শাৎলিদো ফুগায়্না।

---

১। *মহাবিষুব (Vernal equinox) হৌবক্পা, মার্চকী২১।*

২। *কুঅবানগী মতুংইন্না, মোজেসনা মাগী মখুত্তু তিংথোক্লকপদা অশুক্পা ফংনা ঙৌবোক্ ঙৌই হায়না লৌই; অদুগী মতৌগুন্না উশাদূ মপান্না পূমঙৌ ঙৌই হাযবগী মওং।*

৩। *যিশুগী সোব্না কাম্বদা লাযনা ফহনবগী শক্তি লৈ হায়না পার্সি সিংন লৌনৈ।*

৪। *মতম অমগী অববকী য়াম্না নীংথিজববা শহর, লৈনুংদা ফুমদুনা লৈখ্রে।*

৫। *পৌবানিক মতম্গী পার্সি নিংথৌ; মাগী লাইফাও পীবা ঙম্বা সনাগী প্যালা (কপ্) অমা লৈবম্মী; মদুদা পাল্লিবা চগো (খূজি) তবেক্তুন স্বর্গ মবোল্ তবেং, গ্রহ তবেং, সমুদ্র ঈবম্ তবেংকী অর্থ ফোঙদোক্ই (সক্তম্ ওই), অমসুং মদূগী মনুংদা সিদ-হিদাক্ (অমৃত) য়াওই হায্।*

6

And David's Lips are lockt; but in divine

High-piping Pehlevi, with "Wine! Wine! Wine!

Red Wine!" —the Ningtingale cries to the Rose

That sallow cheek of hers to' incarnadine.

7

Come, fill the Cup, and in the fire of Spring

Your Winter-garment of Repentance fling:

The Bird of Time has but a little way

To flutter—and the Bird is on the Wing.

৬

থম্বীরম্রেদো দেবীদ্স্[১] মচীন্ মেপিন্দুনা, অদুবু খোংলি খোইনীংলা
লাইরেবাক্কী অৱাংব পেহ্লৱী[২] মরোলদা নুংশিনা শৈথাদুনা,—
'য়ু, য়ু, অঙাঙ্বা য়ু!' হায়না,—অদুগা চৈরি ওপিন্দুনা গুলাব্তা
তবারবী মখজাইদ্ ঙাঙ্দ্রিফাও তঙাং-তঙাং ঈকাইবনা।

৭

লাক্লো, হৈররো, থম্বা প্যালাসি, অদূগা মৈরম্বিদা বসন্তগী
চাক্‌হন্খ্রো হুঞ্জিন্দূনা নীংঙম্দবগী অথাবা কীজোল্শিং নঙ্গী,
পাইফম্ লম্বীদি মতম্ কৌবী চেক্লাগী, খুত্রিক্ খূই—
অদূগা, পাইবু পাইখ্রেনে চেক্লাসে চৎথিগদৌগী।

---

১। কুঅবান্দ মহকসি শৈসকপা অমনি সীংথাই; অদুগা তশেংনমকস্ বাইবলগী লাইসোল্ ঈশৈ শকপা মীনী (Psalmist)।
২। পর্সিয়াগী অবিবা লোল্ অমা।

8

Whether at Naishápúr or Babylon,

Whether the Cup with sweet or bitter run,

The Wine of life keeps oozing drop by drop,

The Leaves of Life keep falling one by one.

9

Each Morn a thousand Roses brings, you say;

Yes, but where leaves the Rose of Yesterday

And this first Summer month that bring the Rose

Shall take Jamshýd and Kaikobád away.

৮

লৈরবস্ নাইশাপুরদবু, নত্রে লৈরবস্ ব্যাবিলোন্দবু,

থল্হল্লবস্ অথুম্বনবু, নত্রে পাখোক্হল্লবস্ প্যালাদ্ অখাবনবু,

পুন্সী-য়ুদী য়ুথক্রে মরীক্-মরীক্ লেপ্তুনা,

পুন্সী লৈনাসিং কেল্লক্লে লৈমায়্থক্তা অমমমৃতবু।

৯

শাংলি গুলাব্ লীসীং কয়া অয়ূক্ খূদিং নুংঙিগী, হায়্রি নঙনা ;

চুন্মী, অদূবু কদায়্' চংখ্রে গুলাব লৈরাংসিংদো ঙরাংগীনা ?

অদুগা অহান্বর লৈশাং থাসীনা গুলাব্পুস্ শাংহল্লিবা

পুদূনা চংখিনি জাম্সীদ্স্ কৈকোবাদ্স্[১] সোয়্দনা।

---

১। ইতিহাসতা অসেংনা য়াওবমক্তা নত্তবা, শাদা-লাম্দা থৌবা পার্সি নিংথৌ অমা।

10

Well, let it take them! What have we to do
With Kaikobád the Great, or Kaikhosrú?
Let Zál and Rustum bluster as they will,
Or Hátim call to Supper—heed not you.

11

With me along the strip of Herbage strown
That just divides the desert form the sown,
Where name of Slave and Sultán is forgot-
And Peace to Mahmud on his golden Throne!

১০

ফরে, পুখ্রসনূ মানা মখোয়বু! করিদি কান্ন’নী ঐখোয়্না
মতীক্‌চাউবা কৈকোবাদ নত্ত্রে কাইখুস্রু[১] লৈরগনা ?
পোঙ্‌জসনূ যাল্‌সু[২] রুস্তম্‌সু[৩] পোঙ্‌নীং’মখে পেন্নবু,
নত্ত্রগা, তৌজরক্‌সনু হতিমনসূ[৪] চাক্কী বার্ত্তন—তারুনু ননানা।

১১

লাকও চৎলসি ঐগা লোয়্‌ননা, পূম্‌শং শংলবা লম্পাকসিদা,
লৈকংলাগা লবূক্কা নাখে শেংনা খায়্‌দোক্লিবা মফম্‌সিদা,
মীনায়্‌গীসূ মমীং পন্নদ্রবা মফম্‌দুদা সুল্তান্‌গীসু
অদূবু ঈংন-তপ্পা পাঞ্জসনু মহমুদ[৫] ফম্বাল্‌থক্তুদা!

১। থাইনগী পার্সি নিংথৌ অম।।
২। পার্সিসিংগী হর্ক্যুলিস হায়না খঙনবা অকনূবা রুস্তমগী মপা।
৩। থায়্‌নগী পার্সি লাল্লোয়্। থৌনা ফবা থবক্ কয়াগী মমীং চৎলি।
৪। মুসল্‌মান্ কবি অমনী, পাম্মুবা লৈতবা দানগী মমীং চৎলি।
৫। গজনীগী সুল্তান(১৭১-১০২৯), লম্ কয়া জয় তৌবম্না মুসল্‌মান নিংথৌ। মাগী লৈবাক্তি হৌজিক্কী অফগানিস্থান অসিনি।

12

A Book of Verses underneath the Bough,

A jug of Wine, a Loaf of Bread—and Thou

Beside me singing in the Wilderness—

Oh, Wilderness were Paradise enow!

13

Some for the Glories of This World; and some

Sigh for the Prophet's Paradise to come;

Ah, take the cash, and let the Credit go,

Nor heed the rumble of a distant Drum!

১২

শৈরেং লাইরিক্ অমথক্তা, উসিগী উরুম্ মথাসিদা,

য়ু তুম্বা অমথক্তা, তল্ মচেৎ খন্নখক্তা —অদুদগী নহাক্তংগদা,

লৈবিরবদি অচীক্পসিদা ইনাক্তা ঈশৈ শক্পীদুনা—

ওঃ লোইজরে ঐগীদি মদূনা, ফংজরবনি স্বর্গ লম্মাংসিদা।

১৩

তান্নরি কনানা তাইবঙ্গী মিংচৎ; অদূগা কনা'মনা

ওাইনরি য়ানা শৈগম্বরগী স্বর্গ লাক্থিনি হায়্না;

আঃ লৌশিল্লোনে উরিঙৈ শেঙ্গংসি[১], থাদোক্লো বাকী[২] থবক্তে,

তৌরুরনু খোয়্রাঙ্বস্ তাবদ পৃখোল্দো অরাপ্পগী নঙ্না!

১। হৌজিক্ হৌজিক্মক্ থেংনবিবা, ফংলিবা অৱা-নুঙাই।
২। খঙ্বা ওমন্নবা তুংগী য়া।

14

Look to the blowing Rose about us—'Lo,

'Laughing,' she says, 'into the world I blow,

At once the silken tassel of my Purse

Tear, and its Treasure on the Garden throw.'

15

And those who husbanded the Golden grain,

And those who flung it to the winds like Rain,

Alike to no such aureate Earth are trun'd

As, buried once, Men want dug up again.

১৪

য়েংজৌ শাৎলিব গুলাবসিং ঐখোয়্গী অকোয়্বদা—

হায়্রিনেসে, ' য়েংল্লু, শাৎলি ঐদি নোক্লুনা তাইবঙ্সিদা,

রেশম্ সেঙ্গাও মরীসে হেক্ তৎপা মতম্দু মতম্দা,

চাইথোক্লুনা তাগ্রগদবনি য়াওরিবা ইরল্পুম্বা লৈকোন্সিদা।'

১৫

অদুগা লুনা তৌজরিবা মখোয়্দু সনা ফৌবু চেক্সিন্না,

হুন্দোক্লিবা নোংলীক্লুম্ অরোম্বদা মখোয়্দুসু লোয়্ননা,

ওইথিনি অমত্তা ওইনা চপ্মান্নানা সনাগুম্বী মালেম্দা

অদুগা কুম্জিনগ্রবৈ তুংদা, পান্নরুনি কোথোক্পা মীওইবনা নৌহৌনা।

16

The Worldly Hope men set their Hearts upon
Turns Ashes—or it prospers; and anon,
    Like Snow upon the Desert's dusty Face,
Lighting a little hour or two—is gone.

17

Think, in this batter'd Caravaserai,
Whose Portals are alternate Night and Day,
    How Sultán after Sultán with his Pomp
Abode his destined Hour, and went his way.

১৬

তাম্নরিবা খোয়্জঙ্না সংসারগী অপাম্বসিং মীওইপোক্লা

ওন্থি উৎপূঙ্—নত্তগা ফংজে মদূবু মপূংফান থুনা,

মাঙ্খিনি মদূসু খুদক্তা তৌবগুম্ লেম্না নুংশা মঙান্দা,

মশক্ উৎলন্নগা ঙাইহাক্ মীকূপ্ খরদং—মাঙ্খিবদো খঙ্হৌদনা।

১৭

খল্লুনে অমুক্তং, তুরোই-ঙান্নোইরব কারব্রাঁ সেরাইসীদা,

হোজঙ্না ওইরিবা অহিং-নুংথিল্ অনীনা সিম্ননদা,

সুল্তান্ অমগী মথংদা অমা হরাও-তয়াম্না লৈরন্নগা মাগী

লৈফম্ খোক্পা মতম্, চৎনখিদো চৎফম্ খোক্পা লম্বীদা।

18

They say the Lion and the Lizard keep

The courts where Jamshýd gloried and drank deep:

And Bahrám, the great Hunter—the Wild Ass

Stamps o'er his Head, but cannot break his Sleep.

19

I sometime think that never blows so red

The Rose as where some buried Caesar bled;

That every Hyacinth the Garden wears

Dropt in her Lap from some once lovely Head.

১৮

হায়্নৈদো অসূম্না, লৈতেংলম্খি নোংশা গুম্ভীর কয়ানা

সিংহাসন্দো জাম্সীদ্বী, পাল্লম্বদো য়াইফনা, থক্ - চাদূনা পেঞ্জনা :

অদুগা, শাদান্বা পাম্জবা বহরামদু[1] লন্নক্ - শানা মকোক্থক্তা

নেৎলবসু মখোঙ্শিংনা, হৌগৎলক্তে হায়্দো তূম্বদগীনে।

১৯

খল্লি করিগুম্বদা ঐনা, শাৎখিদ্রি গুলাব'মত্ত অসুক্ তঙাংনা

শাৎখিবগুম্ মফম্দুদা ফুম্খিবা সিজারবু হাত্তোক্লগা মখোয়্না;

লৈক্কোন্দা ফজনা শাৎচরম্বী তঙাংবী লৈরাং খূদিংমক্

থাদখি মতম্বাক্তা শাৎচরম্ব লৈরাংনা লৈখোক্তুদগী।

১। সন্দিয়া সাগৈগী পার্সি নিংথৌ; মাগী পাম্জবা শিকাব লম্গী গধা তান্বা চৎপদা ফুম্দি মবক্তা পুত্থদুনা শিখি হায়্।

20

And this reviving Herb whose tender Green

Fledges the River-Lip on which we lean—

Ah, lean upon it lightly! for who knows

From what once lovely Lip it springs unseen!

21

Ah, my Beloved, fill the Cup that clears

TO-DAY of past Regrets and future Fears:

*To-morrow* ! —Why, To-morrow I may be

Myself with Yesterday's Sev'n thousand- Years.

২০

অদুগা চোংথৎলকপা নাইবী পাম্বীসে, মাগী খোৎল সংলেন্
উনানা মংলিবা তুরেল্ তোর্বান্দা লৈরিবা শ্নথদুনা ঐখোয়না —
আঃ, শাখৌকো তপ্না মেঙ্না মথকুদ !! হায়্রবদি, খঙ্'নি কনানদি
করম্বা কজক্বা তোর্বান'মনা ওম্নক্থিবনো মদুবু কনা খঙ্দনা !

২১

আঃ, চান্নবী, হৌপ্রবা নীংঙম্দবশিং অমদি তুংগী অকিববু
কোক্হল্লিবা প্যালাসীবু থল্হল্লো ঙসিস্ হৈথদুনা মপুংফানবু :
হয়েং হায়্রবদো—কৈকান্ননি, ওইবা য়াই হয়েংদি ইশাসি
হৌপ্রবা চহী লীশীং কয়াদুগা য়াই ঐস্ ওইখিবা অমত্তবু।

22

For some we loved, the loveliest and the best:

That from his Vintage rolling Time hath prest,

Have drunk their Cup a Round or two before,

And one by one crept silently to rest.

23

And we, that now make merry in the Room

They left, and Summer dresses in new bloom,

Ourselve must we beneath the Couch of Earth

Descend—ourselves to make a Couch—for whom?



২২

মরম্দি, ঐখোয়্না নুংশিজবা মখোয়্দুসু মখোয়্না খঙ্খিবা পাম্জনা

অচুম্বদুদগী সুম্খিবা য়ুদু মতম্গী লেপ্লাইদবা কোজুনা,

থক্থ্রবনি মশা-মশাগী প্যালাদুদগী হাজনা খুৎথক্ থরদি,

অদুগা পোথাদুনা হীপ্লক্রে অমগী মথং অমা তুম্মিন্না।

২৩

অদুগা, ঐখোয়্সে হয়াও তয়ান্নিবা থাদোক্লন্নবা কাদুদা মখোয়্না,

অকেবা ফীজোল্ কয়ানা অনৌবা শঙ্কম্ লাংদুনা,

লৈবাক্কী ফমুং মথাদুদা শোয়্দনা চঙ্গ্রগদবা ঐখোয়্সে,

কুম্থরি ইশানা ফম্ থারুনবা — কনাগীদমক্তনিনা ?

24

Ah, make the most of what we yet may spend,

Before we too into the Dust descend;

Dust into Dust, and under Dust to lie,

Sans Wine, sans Song, Sans Singer, and—sans End!

25

Alike for those who for TO-DAY prepare,

And those that after some TO-MORROW stare,

A Muezzin from the Tower of Darkness cries,

'Fools! your Reward is neither Here nor There.'

২৪

ইহে, নুঙাইথোক্লসী ঐখোয়্ অরেবমখুৎ চাদীং তৌথোক্কনা,

তিন্দ্রিংঙসিদা ঐখোয়্‌সে লৈশাসিদ্ কুম্‌থদূনা ;

ওন্‌থ্রগদবনিনে লৈশা ওইনা, লৈথ্রগদবনিসে লৈরোন্ চন্নদি,

য়ুস্, ঈশৈস্, শৈসক্‌পস্ অমত্তা য়াওদনা—লোম্ব-থম্বা নাইদনা !

২৫

ঙসিগী খন্দূনা পাল্লিবসিংদুবু তাননবা,

লাক্কদবা হয়েংগীসু খন্না হিংলিবা মখোয়্‌বুসু তাননবা

লাউরি মৌজিন্‌না[1] অমম্বগী মিনার মনুংদুদগী

'অপঙ্‌বা ! নৈতে সিদসু, নৈতবনি আ-দসু মনাদু নখোয়্‌না ফংগদবা ।'

---

১। লাই খুকম্বা(নামাজ) মতম্ ওইবে খঙ্‌হন্নবা লাউবিবা মুসলমান্ নুপা।

26

Why, all the Saints and Sages who discuss'd

Of the Two Worlds so wisely—they are thrust

Like foolish Prophets forth; their Words to Scorn

Are scatter'd and their Mouths are stopt with Dust.

27

Myself when young did eagerly frequent

Doctor and Saint, and heard great argument

About it and about: but evermore

Came out by the same door where in I went.

২৬

কদায়্, মুনি ঋষি কয়ানা খন্নরয়দো ৱাখল্ তৌনা

লম্দম্ অনীদুগী মতাঙ্দা কয়া-কয়া কুপ্থনা —

অদুবু তাম্হোক্লে মখোয়্বু মৱা চত্তুবা পৈগম্বরগুম্

অদুগা য়াতাখ্রে লৈনুংদা মখোয় ঙম্মা মচীন্ ফোক্নুনা ।

২৭

পাম্জনা চংলম্মী নাহা ওইরিঙৈ ঐসে তোয়্না

অখঙ্-অহৈসিংগী নাক্তা অদুগা তারুই তর্ক কয়া ঐনা

হায়্রিবা ৱাফম্সিংসীগী মরম্দা কয়া অদূবু পোলোইদা

থোক্নকখি ঐনা চঙ্লকখিবা থোঙ্দুদা অদুম্ হোংদনা ।

28

With them the seed of Wisdom did I sow,

And with mine own hand wrought to make it grow,

And this was all the Harvest that I reap'd –

' I came like Water, and like Wind I go.'

29

Into this Universe, and *Why* not knowing

Nor *Whence*, like Water willy-nilly flowing ;

And out of it, as Wind along the Waste,

I know not *Whither*, willy-nilly blowing.

২৮

হন্থি ঐনা লৌশিং-ফৌদী মখোয়্না লোয়্ননা,

হোৎনখি কমা ঊখুৎমন্নিনা হৌহমবা শরেপ্ ফানা,

অদূবু ঐনা লোক্লক্খিবা মহয়্দি অসিনা লোইরে —

'লাক্খিবনি ঐ লাইজগুম্, অদুগা চৎখিনি অমুক্ মাঙাংগুম্না।'

২৯

'করিগীনো' নত্ত্রগা 'কয়াম্ কুইনগীনো' অমত্তা খঙ্দনা

চেল্লি জগৎসিদা ঈশিংগুম মথোঙ্ খঙ্দনা ;

অদুদগী অমুক্ অহাঙ্বা মাঙাংদা নুংশীৎকুম্

কদোম্দনো শীৎলি পঙ্শীত্তা অসুম্, খঙ্দে ঐনা।

30

What. without asking, hither hurried *Whence*?

And, wihtout asking, *Whither* hurried hence !

Oh, many a Cup of this forbidden Wine

Must drown the memory of that insolence !

31

Up from Earth's Centre through the Seventh Gate

I rose, and on the Throne of Saturn sate,

And many a Knot unravel'd by the Road ;

But not the Master-knot of Human Fate.

৩০

করিনোনে, হংঙুদে কদাইদগী কমদৌনা মফম্‌সিদা হায়্‌বস্‌?

অদূগ, হংঙুদব’সিদগী মফম্‌ কদোম্‌দা অমুক্‌ হায়্‌বস্‌ !

ওঃ নামুঙবা য়ুসিগী প্যালা কয়ানা লাক্‌হৎখ্রগনি

তুকচচনিঙাই ওইরবা য়াখল্‌সি ফাওরক্‌পদস্‌ !

৩১

মালেম্‌ ময়োন্দগী তরেৎশুবা পম্বোঙ্‌ফাও থক্লোম্‌দা

কারুরগ ঐনা, অদুগা ফম্নুখি শনিগী[1] সিংহাসন্দা,

থোক্লুখি কিসি কয়া থেংনখিবা লম্বীদা, অদুবু

অকন্‌বা কিসিদূ পুল্লিবা মীওই’ লাইবক্‌পু ঙম্‌দে থোক্লুবদা।

---

১। তবেৎশুবা স্বর্গ মথোন্দা মপূ ওইনা পাল্লিবা লাইদূ শনিনি। মযায়্‌ ওইবা যুগকী লাইবিক্‌-লাইসুদা স্বর্গ মবোল্‌ তবেৎ হায়্‌বগা কলা তবেৎপু খঙনৈ, অদুগা বিশ্বজগৎকী অবোল্‌-অথুপ পাখোঙসিংবু ফোঙননবগিদমক্তা ওমবনা কলা লোইনমক্‌ শীজিন্নখি হায়্‌বনি।

32

There was the Door to which I found no Key ;

There was the Veil through which I might not see :

Some little talk awhile of ME and THEE

There was— and then no more of THEE and ME.

33

Earth could not answer; nor the Seas That mourn

In flowing Purple, of their Lord forlorn ;

Nor rolling Heaven, with all his Signs reveal'd

And hidden by the sleeve of Night and Morn.

৩২

থেংনখি ঐনা থোঙ্ অমসু ফংদবা সোজৈদি মদুবু হাংনবা ;

লৈরন্মী য়ূখল্'মসু উবা ঙম্‌দবা মদুগী য়াংমদ লৈখিবা ;

ঙাইহাক্ পুঙোয়্ শানৈ য়ায়ী নঙ্-ঐগী মরম্‌দা মফম্‌দূদা —

লৈখিত্রে অমুক নঙ্-ঐগী য়া মদুগী মতুংতাব।

৩৩

ঙম্‌দে পীবা পৃথিনসু পাউখুম্, ঙম্‌দে তেংথারিবা সমুদ্রনসু

অসং ফীজোল্ সেত্‌না, মদোম্ ঙায়্‌বা মবুঙোদুগী মরম্‌দসু ;

সক্তম্ পূয়মক্ মাগী কেকু লোৎপী তৌদূনা অহিং-নুংথিম্না

লেপ্লায়্‌দনা উৎলিবা স্বর্গ মহাক্লসু ঙম্‌দে পীবা পাউখুম্‌দুসু।

34

Then of the THEE IN ME who works behind
The Veil, I lifted up my hands to find
A lamp amid the Darkness; and I heard
As from Without—'THE ME WITHIN THEE BLIND!'

35

Then to the Lip of this poor earthen Urn
I lean'd, the Secret of my Life to learn.
And Lip to Lip it murmur'd— 'While you live,
Drink!—for, once dead, you never shall return.'

৩৪

অদুদগী, অরোনবদা থৌওরিবা, ঐঙোন্দা য়াওরিবা 'নঙ' সিগী

থাঙ্গৎচরুই খূৎসি হ্বাংনা থাওমৈ অমত্তং ফংনীংদুনা নঙগী

চৎননবা অমম্বসিদা ; অদূবু তারক্খি ঐনা মতম্দুদা,

'নঙোন্দা য়াওরিবা ঐদো, মীত্তাঙ্বনি !' লাউরক্পগুম্ মপান্দগী।

৩৫

অদুদগী লৈতাম্না শাবা তোল্লবা খরাংসিগী মচীন্বান্দা লূক্থদূনা

হোৎনরুই খঙ্ননবা অরোল্-অথূপ্ কয়া ইপুন্সীগী ঐনা :

হায়্রক্খি সোম্বাংননা মাগা চীল্লোক্লবদা—'থক্উ হিংলিঙৈ !

—মরম্দি শিরবদি অমুক্পু, লৈররোই হল্লক্পা নঙদি, খঙ্ঙুনা'।

36

I think the Vessel, that with fugitive

Articulation answer'd, once did live,

And drink; and Ah! the passive Lip I kiss'd,

How many Kisses might it take and give!

37

For I remember stopping by the way

To watch a Potter thumping his wet Clay;

And with its all-obliterated Tongue

It murmur'd— 'Gently. Brother, gently. pray!'

৩৬

মীচেল্গী খোঞ্জেল্দা পাউখুম্লক্খিবা খরাংদো

হিংলম্মী মতম‘মদা, খঞ্জবদা ঐনা, অদুগা থম্লু থক্খিদো,

অম্বাখনি অদুবু ! হৈনিংম্রবা মচীন্বান্দু চুপ্চরুবা ঐনা,

ওম্মি কয়াম্ লৌশিন্বা মীচুপ্ ঐগী, ওম্গদৌবা কয়াম্ পীরক্পদো !

৩৭

হায়্বদি, লম্বীগী চিদাইদা লেপ্লুবদা য়েংনীংদুনা

অপেৎপা লৈখোম্ থীৎলম্বদো ফুজবনা, নীংশিংলি ঐনা ;

লৈয়েং ফাজিন্গ্রবা চক্দুনা শোল্লক্পদো মুরুম্-মুরাম্ —

“‘তপ্না’, ’য়াম্বা, ‘ তপ্না তৌবিয়ু’, হায়্জরি নফম্দা ঐনা !”

38

And has not such a Story from of Old

Down Man's successive generations roll'd

Of such a clod of saturated Earth

Cast by the Maker into Human mould?

39

And not a drop that from our Cups we throw

For Earth to drink of, but may steal below

To quench the fire of Anguish in some Eye

There hidden—far beneath, and long ago.

৩৮

লাক্‌খিদব্রনে লীদূনা অসিগুম্বা য়ারীসি থায়্‌নদগী

অদুগা চখরক্তব্রনে মথং-মথং চারোন্‌-শুরোন্দা ঐখোয়্‌দগী,

অসিগুম্বা অপেৎপা লয়্‌খোয়্না সাখিবগী য়ারীসে

মওং সেম্‌খিবা খূৎহৈবদূনা শক্তম্‌ শাবদা মীওইবগী ?

৩৯

অদূগা হৈথখিদেদো ঐখোয়্‌গী প্যালাদগী মরীক্‌ অমত্তসূ

থক্‌চনবা মালেম্না : অদুদগী মরীক্‌ অমা লীথখিদুনা মথাদসূ

মূৎননবা মৈচাক্‌ কনাগুম্বা থরগী মফম্‌দা —

আঃ মথাদা, লৈপ্লবা কুইপ্লবা মতম্‌দগী লোত্তুনসূ।

40

As then the Tulip for her morning sup

Of Heav'nly Vintage from the soil looks up,

Do You devoutly do the like, till Heav'n

To Earth invert you—like an empty Cup.

41

Perplext no more with Human or Divine

To-morrow's tangle to the winds resign.

And lose your fingers in the tresses of

The Cypress-slender Minister of Wine.

৪০

য়েংজবগুম্ অয়ুক্ অঙনবদা লয়্খাদগী নোংদোন্ তম্না
থকচনবা স্বর্গগী সোমরস উতোংলৈনা খোঁইরাংনা,
তৌজরি লাইনীং চেংপা নখোয়্না উপথোক্লবা প্যালাগী মতৌগুম্,
নোংদোল্লোম্দগী খারোম্দা করোঙ্চাক্ য়ুংলদুনা।

৪১

ফুগ্বঙনরনু অমুক্ ব্রাফম্মা মীগী নত্ত্রগা লাইগী,
তিন্থ্রগনি মালংদা চমম্নরবা ব্রাখল্সিংদো তুংগী,
অদুগা মাঙসু মাঙথ্রনি খুৎশাসিংদো নহাক্কী
সাইপ্রেস্[১] মনাগুম্ কুপ্নবা শন্নাঙলক্তা য়ুপাম্নবগী।

১। মোংফম্দ থানবা উচান্ পাম্বী শাগৈগী মনা কুপ্পা উ।

42

And if the Wine you drink, the Lip you press,

End in what All begins and ends in—Yes;

Think then you are TO-DAY what YESTERDAY

You were—TO-MORROW you shall not be less.

43

So when that Angel of the darker Drink

At last shall find you by the river-brink

And, offering his Cup, invite your Soul

Forth to your Lips to quaff—you shall not shrink.

৪২

নঙ্না থক্লিবা য়ুদুস্ অদূগা, নচীন্বান্দূস্ থক্কে থিংজিল্লিবা,

পূন্নমক্কী হৌফম্ লোইফম্ অদুদা পোলোই ওইবা তারবা—

ফরেনে, ঙরাং ওইখিব নঙ্দো ঙসিগীস্ মওইরি নঙ্ ; খঙ্গৌ—

নঙ্গী নঙ্ অদুম্ ওইগনি নঙ্দু হয়েংসু অদুম্ হোংদবা।

৪৩

অদুদগী লাক্নুনা খমূং কিকোই লৌওন্বীনা অরোয়বদা

থেংনগনি নঙ্বু থিরক্নুনা তুরেন্গী তোর্বান্দুদা,

লান্দুনা মাগী প্যালাদূ তৌরনি বার্ত্তন নঙ্গী থব্রায়্বু

থক্লবা পেন্ন য়ুদূ নচীন্না— নীঙ্হন্নরোম্ নঙ্না মদুদা।

44

Why, if the Soul can fling the Dust aside,

And naked on the Air of Heaven ride,

Were't not a Shame—were't not a Shame for him

In this clay carcase crippled to abide?

45

'Tis but a Tent where takes his one day's rest

A Sultán to the realm of Death addrest;

The Sultán rises, and the dark Ferrásh

Strikes, and prpares it for another Guest.

৪৪

কৈনোনে, গুম্রবদি কম্বোকপা উক্লম্বু আম্মাসিনা ক্লং-লাউনা,

অদুগা গুম্রবদি পাইবা নোংদোন নুংশীত্তা ফি খোংদনা,

ওইদব্রনে ঈকাইনীঙাই মদূবো——মাবু ঈকাইদব্র মদুবু

লৈতান্গী অশিবা হকচাংনুংদা লৈরম্বদো খোঙ্‌তেকপগুম্মা ?

৪৫

নোংমখক্কী পোত্থাশঙ্‌নি মশি সুত্তান অমগী,

কৌরকখ্রবা মাদী লাক্লো হায়না অশি-লৈবাক্কুদগী ;

হৌগৎলকপাদ মহাক্লা খুদত্তা, তাম্বোকপিথি মুসিন্মুবা ফেরাস্না

অদুগা পীথি মফম্দূ অতোপ্পা অতিথী অমগী।

46

And fear not lest Existence closing your
Account, and mine, should know the like no more;
The Eternal Sáki from that Bowl has pour'd
Millions of Bubbles like us, and will pour.

47

When You and I behind the Veil are past,
Oh, but the long, long while the World shall last,
Which of our Coming and Departure heeds
As the Sea's self should heed a pebble-cast.

৪৬

পূন্নী হিসাব নঙ্-ঐগী কিন্নানু থূপ্‌চিন্‌খিনি হায়্‌বগীসু,
থঙ্‌লয়োইদবনি ব্রাকম্ অমুক্ হয় অদুওম্বসু,
হৈথদুনতা লৈরিবনি শিনাইদ্রবা সাকি-না কোম্পাক্তুদগী
কোঙ্গোল্ মশীংনাইঙ্গনা ঐখোয়্‌গুম্বা, হৈথখিগনি লেপ্তুনসু।

৪৭

লান্দূনা চৎশ্রবদা নঙ্-ঐ মুখল্‌দূগী মরুম্‌দা,
ওঃ অদুবু কুইনা, লৈহৌরগনি তাইবঙ্‌দি আ-কুইবা ফাওবদা,
থৌওইবীনি কনানা লাক্‌ই-চৎখি হায়্‌বদূ ঐখোয়্‌বু,
থৌশাদবগুম্ সেক্তা তোর্বান্না নূঙ্‌জেঙ্’মা মথক্তা থাথরক্‌পদা।

48

A Moment's Halt—a momentary taste
Of Bfing from the Well amid the waste—
And Lo!—the phantom Caravan has reach'd
The Nothing it set out from—Oh, make haste!

49

Would you that spangle of Existence spend
About the secret—quick about it, Friend!
A Hair perhaps divides the Fasle and True—
And upon what, prithee, may life depend?

৪৮

মীকুপ্ অমখক্তনি লেপ্লম্বা —মহাওনি মীকুপ্ অমত্তংগী —

—থক্খিবা থৱায় ওইব ঈশীংদু লম্বাংলক্কী শুহাদুদগী —

য়েঙ্ঙুসে ! —সাসিন্নবা কারবাঁ পরেংসে য়ৌগ্রেসে

করিমত্তসু থোরক্লরোইদৌবা মফমদুদা —ও: থীস্থরি করিগী !

৪৯

হিংববু মহাও থোক্হল্লিবা অরংবা লৈতেংশিংসি য়োম্থোক্লগেরা নত্তনা

খঙ্ননবা অরোল্-অথুপ্ কয়া নত্তনা —খপ্নৌ থুনা অমুক্তা, নত্তনা !

শম্না মফে অমত্তননি খায়্দোক্লিবা অচুম্বা-অরানবা —

করিদনো তাংজফম্ ওইগদবা পুন্সীনা, হংজরিয়্যে ঐনা ?

50

A Hair perhaps divides the false and True;

Yes; and a single Alif were the clue—

Could you but find it—to the Treasure-house,

And peradventure to THE MASTER too;

51

Whose secret Presence, through Creation's veins.

Running Quicksilver-like eludes your pains;

Taking all shapes from Máh to Máhi; and

They change and perish all—but He remains;

---

*Máh — moon, Máhi — fish*



৫০

খায়্রিবসে অচুম্-অরান্ ওইরম্বা য়াই শম্না অমওনা ;

য়াই ; অদুগা মদুগী লংলা-লংজীন্দি ওইরম্বা য়াই অঞ্জি অমত্তংদুনা —

—গুম্জগত্রনে ফংবা মদু নত্তনা —পুক্কেদুদগী মপান্নাইদ্রবা,

নত্তগনা, মপু অথোইবা মাগী মফম্দগী ওইনা।

৫১

কনানা ল্লোম্ন চত্তলক্কুনা সৃষ্টিগী শিংলী মনুংদা

লূপাহীদাক্ মহীগুম্ চেন্খিদুনা কাউহন্বনো নত্তগী অরাবদু ;

ঈরোম্নুংদগী নোংদোন্ ফাওবগী শক্তম্ পুম্নমক্ লৌদুনা ;

হোংব নাই, মাত্তবা নাই পুম্নমক্ —অদুবু মহাক্তদি মরেত্তদেদা ।

52

A moment guess'd—then back behind the Fold
Immerst of Darkness round the Drama roll'd
Which, for the Pastime of Eternity,
He doth Himself contrive, enact, behold.

53

But if in vain, down the stubborn floor
Of Earth, and up to Heavn's unopeing Door,
You gaze TO-DAY, while You are You—how then
TO-MORROW, You when shall be You no more?

৫২

ঙাইহাক্ খল্লুই অসূম্না —থূপ্চিন্থি পর্দাদূ অমূক্ তুংদগী,

লীলাদূ থূপ্চিন্থি পুল্লপ্ মরক্তুদা অমত্বগী,

মদুদি লেপ্লবা মতম্ ঙাহাক্ লোইনাইদবা মহাক্না,

পুথোকচবনি মশামক্না, শাম্নজবনি মহাক্না, ভাবোক্সু মহাক্নি লীলাগী।

৫৩

অদূবু, মনুংকন্থী মালেম্ নৈয়্মায়্থক্লিদগী অরেব্বদা নঙনা,

হাংদোক্লক্লরোইদৌবা স্বর্গগী থোঙ্জাও তম্না

য়েংজরি নঙনা ঙসি, অদূগা ওইরি নঙদি নঙ অদুম্—

অদুদৈ হয়েংদি কম্দৌহৌবা, নঙদি নঙসু ওইররোই মতম্দুদনা ?

54

Waste not your Hour, nor in the vain pursuit

Of This and That endeavour and dispute;

Better be jocund with the fruitful Grape

Than sadden after none, or bitter, Fruit.

55

You know, my Friends, with what a brave Carouse

I made a Second Marriage in my house;

Divorced old barren Reason from my Bed,

And took the Daughter of the Vine to Spouse.

৫৪

মাঙ্‌হল্লনু মতম্ নঙ্‌গী অমুক্, লৈরনু থিদুন কান্নদ্রবা
'মসিনি' নত্তগা 'মদূনি' গী ব্লাফম্ অমহেক্‌সু খংনবা,
হেন্ন কৈ চাদূনা লেম্হোক্‌পনা মহাও লৈবা থুন্নবা অঙ্গুব
ব্লাহন্‌বগী সন্নাক্‌পুদি তান্নদুনা উঁহৈদু ফংঙমদ্রবা নত্তগা অখাবা।

৫৫

খঙ্গিঙবদূনি মন্নাপ্‌সা নখোয়্‌না, শানৈ-মুনৈদুনা কয়া চাউনা
পাঙ্‌থোক্‌থিবা অনীগুবা লুহোঙ্‌বদূ ঈয়্‌মৃদা ঐনা,
মল্লবা অখুংবী-ব্লাখল্ হায়্‌বীদো খাইনদুনা তান্থোক্‌থি,
অদূগা পুসিন্‌থিবনি অঙ্গূর মমোম্ভু তালোয়্ ওইনা।

56

For 'Is' and 'Is-NOT' though with Rule and Line

And 'UP-AND-DOWN' by Logic I define,

Of all that one should care to fathom, I

Was never deep in anything but—Wine.

57

Ah, by my Computations, People say,

Reduce the Year to better reckoning?—Nay,

'Twas only striking from the Calendar

Unborn To-morrow and dead Yesterday.

৫৬

হায়্বদি, ‘ওইবা’ অমসুং ‘ওইদবা’ অনীসিবু চেক্সিন্না পথাপ্ থাদুনা ঐনা
অমসুং থক্-খা কুপ্না য়েংদুনা পুথোক্লবসু তর্কনা ঐনা,
খঙ্নীংলিবা পোৎ পূম্নমক্ খ্বায়্-খুদিংনা পাম্জবা,
পূক্নীং থিংজিন্নদে অতৈদা করিসু ঐদি — লূপ্চম্থি য়ুদা ঐনা।

৫৭

ওন্থোক্পনিদা, খূৎহোৎ খূৎপা ময়াম্সে ঐগী, হংনৈ খ্বায়্নদি,
ওইহল্লব্রা চহীবু পাবা নুংঙাইনবা মওংদুদা —নত্তেদা,
লৌথোক্পতনি ঐদি মখোয়্সিংদু চুম্না পঞ্জিকাদগী,
পোক্লিবা হয়েংদূগা, শিগ্রবা ঙরাং’দূগা য়েংলগদি।

58

And lately, by the Tavern Door agape,

Came shining through the Dusk an Angel Shape

Bearing a Vessel on his Shoulder; and

He bid me taste of it; and 'twas—the Grape!

59

The Grape that can with Logic absolute

The Two-and-Seventy jarring Scets confute:

The sovereign Alchemist that in a trice

Life's leaden metal into Gold transmute;

৫৮

কুইদ্রি, কুইদ্রি, ইহাং হাংদোক্লবা মীথুংশঙ্ থোঙ্ মনাক্তুদা,
লাকখি ফরিস্তা[১] মান্বা অমা ঈলং-লংনা মন্নি মন্নিবদুদা
পুরদুন চফ্ অমা মরেংবান্দা থোংলদুনা, অদুগা হায়্রক্খি
মহাও তক্ষু হায়্না ঐবু, অদৃগা ওইরগ্নে মদদি দ্রাক্ষা দুদা।

৫৯

শোয়্নায়্দ্রবা তর্কদা ফূরূপ হস্ফুতরানীথোইনা[২],
মরৈ য়েৎনরিবা পোৎসক্তা ওইগনি অঙ্গুরদু শোয়্দনা :
কোলঙ্গী সনা সাবা মকোক্তুনদি ওস্থোক্পিবা খূদক্তা
মিশিগুম্বা পুক্নী থাতুবু ওল্হন্বা অশেংবা সনা।

---

১। অজ্রাইল্ কৌবা অসি-লয্বাক্কী লাই (যম); শিগদৌবব মীবু মহাক্লা কুপ্না শেম্নদুনা মথায়্দু হক্চাংদগী থাইদোক্ই।
২। পৃথিবীসিদা ধর্ম ৭২ লৈ হায়ন থাজনবস্মী।

60

The mighty Mahmud, Allah-breathing Lord,

That all the misbelieving and black Horde

Of Fears and Sorrows that infest the Soul

Scatters before him with his whirlwind Sword.

61

Why, be this Juice the growth of God, who darc

Blaspheme the twisted tendril as a Snare?

A Blessing, we should use it, should we not?

And if a Curse—why, then, who set it there?

৬০

মতীক্ চাউবা মহমুদ[১], অল্লাহ্ শগোয়জব অকন্বা,

অকিবা অমসুং অয়াবতনা থম্মোয়্ লাঙ্গোই চন্থ্রবা

লাইনিঙ্ লম্বেল্ খেন্নবা কুচুমুবা মীয়াম্দো

য়েন্দেম্ থয়াক্ শোইদৎখি থাঙ্শাংনা মাগী নোংলৈগুম্বা।

৬১

করিগী, লাইনা থাবা উহৈ মহীসীবু, কনানা হায়্রিবা

লাংনি হায়্দুনা হুন্নান্দুনা, পাম্বীগী মরীসিবু য়েৎচরিবা ?

বর্নীনে পীবিরিবা, শীজিন্নগদবনিনে ঐখোয়্না, তৌরোইদ্রনে ?

ওইরম্নবদি মশিনা শাপ্ অমা,—করিগী কনানা'সিদা থারম্লিবা ?

---

১। ভাবতবর্ষ অমসুং মসিগী কুচুমুবা প্রজাসিংবু সুল্তান মহমুদনা জয় তৌখিবগী মতাং নাকোযননা পন্বা।

62

I must abjure the Balm of Life, I must,

Scared by some After-reckoning ta'en on trust,

Or lured with Hope of some Diviner Drink,

To fill the Cup—when crumbled into Dust!

63

Oh threats of Hell and Hopes of Paradise!

One think at least is certain—*This* life flies;

One thing is certain and the rest is Lies;

The Flower that once has blown for ever dies.

৬২

থাদোক্লনি পুন্সী-ঈংনয়াইসে ঐনা, থাদোক্লনি শোয়্দনা,
কিজবদগী যম্‌গী চৈরাক্ থাজনা তাক্‌পিরম্বা কনাগুম্বনা,
নত্রুগা লাইগী অমৃত ফংহন্‌গনি কক্‌ঙাউনহন্দুনা ব্রাথল্‌বু
থম্না হয়্‌বিগনি হায়্‌বদো — ওন্‌থ্রবদা উফুল্ প্যালাসিনা !

৬৩

ওঃ, নরক্ তাবগী অকিবা অদুগা নুঙাইবা আশা স্বর্গ ফংবগী !
অমত্তংদি লৈ মীনা খঙ্‌নব সোয়ত্রবা — পাইখিনি পুন্সী ঐখোয়্‌গী।
পোৎ অমত্তক্তনি শোয়্‌দবদি অদুগা মীনম্বা ঙাক্তনি অতৈদি ;
শাৎলম্বা লৈরাংদো অমুক্তং কেল্লবদি কেন্‌থ্রবনি পুন্সীগী !

64

Strange, is it not ? that of the myriads who

Before us pass'd the door of Darkness through,

Not one returns to tell us of the Road,

Which to discover we must travel too.

65

The Revelations of Devout and Learn'd

Who rose before us, and as Prophets burn'd,

Are all but Stories, which, awoke form Sleep

They told their comrades, and to Sleep return'd.

৬৪

ওক্রা, ওক্রনে ? ময়া'শ্মা মশীং লাকুওম্দ্রবা ঈমাঙ্দা
চৎখ্রবনি ফাওদূনা অমম্বগী থোঙ্জাওসিদ,
হল্লকৃখিদে কনাসূ ঐখোয়্দা লম্বীদূ তাকৃপিনবা,
শোয়্দনা চৎলগদবা অমুক্তং নোংমদি ঐখোয়্সূ লম্বীদুদা।

৬৫

তাকৃপিরম্খিবা কয়াদূ ভক্ত কয়ানা, পণ্ডীত কোঙ্গায়্না
খোঙ্দারম্খিবা তাইবঙ্সিদা, অদূগা শিগ্রবা পৈগম্বর কয়াদুনা,
ওইরে ঐখোয়্দা ব্বারী, লীরম্বা মীকপ্ থোক্লকৃপদা,
মরুপ্ কয়াগী মফম্দা, অদূগা তূম্থখিবদো অমুক্ হয়া।

66

I sent my Soul through the Invisible,

Some Letter of that After-life to spell:

And by and by my Sould return'd to me,

And answer'd 'I Myself am Heav'n and Hell?'

67

Heav'n but the Vision of fulfill'd Desire,

And Hell the Shadow from a Soul on fire,

Cast on the Darkness into which ourselves,

So late emerged from, shall so soon expire.

৬৬

থারুই ঐনা ঐগী আত্মাবু শকুউদবা মাগী মকমদা
চিঠি খরগা, তাকপীরক্নবা খিত্তং মথং পুন্নীগী মতাংদা :
হন্নক্লখি অমুক্ আত্মাদু খরগী তুংদা লৈনাক্তা,
অদুগ তন্নখি, 'নরক্, স্বর্গ হায়্রিবদো ঐনীনে, ঐদঃ।'

৬৭

স্বর্গ হায়্রিবদো মীৎয়েংদুনি নীংবা থুংলবা মহাক্তুগী,
নরক্ হায়্রি'দুনা মমিদুনি মৈথক্ত থৌরিবা থরায়্গী,
তারিবা অমম্বগী নৈমায়্থক্তুদা মদুগী মনুংদা ঐখোয়্না
থোক্লক্পসু থেংনা থোক্লক্লগা চৎখিগদবসু থুরেমখৈগী।

68

We are no other than a moving row

Of Magic Shadow-shapes that come and go

Round with the Sun-illumined Lantern held

In Midnight by the Master of the Show ;

69

But helpless Pieces of the Game He plays

Upon this Chequer-board of Nights and Days;

Hither and thither moves, and checks, and slays,

And one by one back in the Closet lays.

৬৮

অতৈ নত্তে ঐখোয়্ অচৎপা শক্তম্ পরেং নত্তনা,

মেজিক্ সেদোগী লাইগুম্ চৎথিবা অমুক্ থোক্রম্লগনে

কোয়্‌রম্বা নুংসা মণ্ডাল্ থাওমৈদুগী অকোয়্‌বদা

অহিং নোংয়ায়্ মতম্‌দা পায়্‌রিবা লীলা মপূন।

৬৯

শাম্নরি মহাক্না পো-সিংবু থাংবিদুনা উপাই কৌজম্লবা,

সতরঞ্জ লাইয়্‌মৃথক্তুদা অহিং-নুংথিল্’নীনা লাংলবা;

সোম্‌দ অমুক্, অসোম্‌দ অমুক্, তৌরি দৃষ্টি, অদুগা হাৎলি

মথং মথং, অদুগা হাপ্‌চিল্লি লূবাকুংদুদা মরু হাপ্লবা।

70

The Ball no question makes of Ayes and Noes,

But Here or There as strikes the Player goes;

And He that toss'd you down into the Field,

*He* knows about it all HE knows—HE knows !

71

The Moving Finger writes; and, having writ,

Moves on: nor all your Piety nor Wit

Shall lure it back to cancel half a Line,

Nor all your Tears wash out a Word of it,



৭০

হায়্দে কাঙুক্রম্না হোয়্-মাই অমত্তা , নৈ তূমিন্না,
অদুবু মকম্ থূদিং থূৎ থারি শাম্নরোয়্নদি চৎনা চৎনা,
অদুগা শাম্নবুং ময়ায়্দা নঙবু লংথদুনা থাথরিবা মহাক্তুদি,
থন্তিও মহাক্না পুম্নমক্—মাদি থন্তিও— থঙবনি মাতনা !

৭১

ইরি লেপ্পাইদবা থুত্তুনা; অদুগা চথৈ মথাসু ইরিবদু লোইরগা মানা;
নৈজদুনসু যনা য়াম্না থর্ম, নত্রে ষনা শিংজদুনসু নঙনা,
ওস্মোই মোইথেম্ তৌদুনা ককথৎহন্‌বা মচেৎ'মত্তা ইরিবদু,
ষনা কপ্চদুনসু নঙনা ওস্মোই চাম্থোক্‌পা ঙাইহে অমত্তবু নপিদুন।

72

And that inverted Bowl they call the sky,

Whereunder crawling coop'd we live and die,

Lift not your hands to *It* for help—for It

As impotently moves as you or I.

73

With Earth's first Clay They did the Last Man knead,

And there of the Last Harvest sow'd the Seed:

And the first Morning of Creation wrote

What the Last Dawn of Reckoning shall read.

৭২

অদূগা, অয়ুপ্পা তেক্কোৎ মান্বা আকাশ্ কৌবা পোত্তুনা,

উপ্তূনা থম্রি ঐখোয়্বু অদূগা হিংলি, শিরি ঐখোয় কুন্দূনা,

কন্‌বিনবা থাঙ্গৎলুনু নথূত্তু মঙোন্দা করিস্ — মরম্‌দি,

চৎলিবনি মাস্ মতীং য়াওদনা নত্তু-ঐগা চপ্‌মামনা !

৭৩

শাখিবনি অয়োইবা মীদুস্ লৈতান্দূন মালেম্‌গী অহানবা,

হন্‌খিবনি মরূদূস্ মদূদা লোক্লবা লৌয়োক্তু অয়োইবা;

পোক্‌পগী অহান্‌বা অয়ূক্তুদা ইগ্রবনি মহাক্লা হায়না

নুমিদাংয়্রাইরম্‌গী পা-ন-গদবা হিসাবতু অয়োইবা।

74

YESTERDAY *This* Day's Madness did prepare;

TO-MORROW's Silence, Triumph, or Despair:

Drink! for you know not whence you came, nor why:

Drink! for you know not why you go nor where.

75

I tell you this—When, started form the Goal,

Over the flaming shoulders of the Foal

Of Heav'n Parwin and Mushtari they flung,

In my predestined Plot of Dust and Soul



৭৪

শেমগ্রবনি ঙম্নাংনা ঙসি ওইহন্নিবা ককুঙাওনবা ময়ামূসে,

শান্তি, মায়্পাক্পা নত্রে নীংবা কায়্বা কয়া হয়েংগীসু;

থক্উ অদূনা ! খঙ্দে নঙ্ কদাইদগী লাক্পনো নত্তগা করিগী :

থক্তোক্উ ! মরম্দি খঙ্দে নঙ্ করিগী নত্তগা কদাই' চৎপনোসূ।

৭৫

মসিমদি হায়্রম্গে — খোঙ্শাল্লক্খি লম্থাকম্দুদগী ঐনা,

স্বর্গগী লংলবা সগোল্গী মথক্তা তোংলদূনা,

পর্বিন[১], মুক্তারি কৌবা অনীদুনা পূদূনা পাইরক্খি

মফম্দা ঐগীদমক্ তম্থ্রবা, ঐগী থব্রায়্বুসূ লোয়্ননা।

---

১। বৃষ রাশি অমসুং সগোল্সেন্ গ্রহ অনীবুনি ; মখোয় অনীসি ওমব পোক্পা মতম্দা য়ামা য়াংনা কাখত্তুনা লৈখি হায়্।

76

The Vine had struck a fiber: which about

It clings my Being — let the Dervish flout;

Of my Base metal may be filed a Key,

That shall unlock the Door he howls without.

77

And this I know: whether the one True Light,

Kindle to love, or Wrath-consume me quite,

One Flash of It within the Tavern caught

Better than in the Temple lost outright.



৭৬

থেংনুদুনা অঙ্গুরদুনা লংলা অমদা : অদুগা লাংলাদুনা ফাদুনা

লৈখ্রবদি ঐগী থব্রায়্সি নোক্কে নোক্লজরসনু দর্বিসন[১];

ঐগী মমল্ য়ামদ্রবা থতুসিদগী শাবিসনু মান সোৌজে অমা

হাংদোক্লুনবা থোঙদু, হাংদোক্লবা লাউজরিব মানা।

৭৭

মসিমদি খঙ্জরে ঐনা : অশেংবা মঙাল্ অদুথক্ নুংশিনা

থানবিরক্কনি, নত্রে তুম্হগনি ঐবু শাউদুনা,

মীথুংশঙ্দা লৈদূন ফংজহৌবনা মঙালদু হাইফেৎ

হেন্না পাম্জে মাঙ্ববুদি লাইসঙ্'নুংদা অরেম্বদা ঐন।

---

১। সুফী হায়্না খঙ্নবা, সংসাবদা অপাম্বা লৈত্রবা, মাগীনি হায়বা লনথুম অমত্তা থমদ্রবা ফকিব (লম্বোইবা) অদুবুনি।

78

What! out of senseless Nothing to provoke
A conscious Something to resent the yoke
Of unpermitted Pleasure, under pain
Of Everlasting Penalties, if broke!

79

What! from his helpless Creature be repaid
Pure Gold for what he lent him dross-allay'd—
Sue for a Debt he never did contract,
And cannot answer—Oh the sorry trade!

৭৮

করি হায়্বা ! রাখল্সু য়াওদবা 'লৈতবা' হায়্বদুদগী থোক্হন্দৌবা
রাখল্ লৈবা 'করিগুম্বা' হায়্বা'মা ফোঙ্দোক্লুনবগী পেন্দবা
হরাও-তয়াম্বব্ তৌহৈদে থিংবগী অদুগসু কিহন্বগী
লোইনাইদবা দগি পীগনি হায়্না থুগায়্রবদি করিগুম্বা !

৭৯

কৈনোনে ! সিংঙ্গু থৌবিরিবা সনা কোকেং তোল্লবা মীসিদগী
শেংদবা সেঙ্গেং রায়্থিবগী মহাক্লা নঙোন্দগী —
পুজখিদব শেন্ফম্গীসু চৈরাপ্ কাহন্দোইবা,
খুম্জবসু ঙম্জররোইদৌবা মাবু— ওঃ ওস্লোক্পা থৌদৌনি অরাবগী !

80

Oh Thou, who didst with pitfall and with gin

Beset the Road I was to wander in,

Thou wilt not with Predestined Evil round

Enmesh, and then impute my Fall to Sin!

81

Oh Thou, who Man on baser Earth didst make,

And ev'n with Paradise devise the Snake;

For all the Sin wherewith the Face of Man

Is blacken'd—Man's forgiveness give—and take!



৮০

হে ঈবুঙো, থম্বিরম্মী নঙনা তিথ্নং-তুম্বৌ, কোক্তুৎ কয়াদা
লম্বীসিদা সৌসানা ঐনা চৎকদৌবা মায়কৈদা,
তৌবিরম্দবদি য়াই লঙোয় চল্‌হন্গে খন্দূনা হায়না নঙনা,
অদূগা শীগে পাপ্‌কী মরাল্ ঐনা তুসিন্‌বদা !

৮১

হে ঈবুঙো, অয়ম্বা লৈতান্‌গী মীবুস্ শাবিবা নঙনি,
অদূগা স্বর্গমক্তদস্ তাংজল্লিন্ লৈহন্‌বা নঙননি,
তৈশীন্‌বী কালি মফম্‌দুদা তৌজরুবা পাপ পুম্নমক্কী মীওইবনা—
ঙাক্‌পিহৈবসু পীনবীরি মীওইবদা,—নঙনা ঙাক্‌সু ঙাকপিবনি !

82

As under cover of departing Day

Slung hunger-stricken Ramazán away,

Once more within the Potter's house alone

I stood, surrounded by the Shapes of Clay.

83

Shapes of all Sorts and Sizes, great and small,

That stood along the floor and by the wall;

And some loquacious Vessels were; and some

Listen'd perhaps, but never talk'd at all.

৮২

চায়্থরক্কবা নুমীৎকী মরুম্ থুপ্নসু

লোয়্না চৎথ্রবদা লাম্না চন্নী তৎলবা ময়্জানসু,

ফু জবগী সঙ্গাইনুংদা লেপ্লি অমুক্ হন্ন ইথক্ত

পূম্কোয়্ কোয়্শীনদুন লৈবাক্কী মুর্তি কয়ানসু।

৮৩

কয়ানি মুর্তিসিংদু মরোঙ্-মতৌ, অচৌ-পিশক্ থেন্নবদো,

লেপ্লম্মী লৈমায়্থক্তসু, ফক্লাং ময়াদসু মখোয়্দো;

ওইরম্মী থরনা ম্রায়াম্ ঙাঙ্গন্বা চফু : অদুগ থরনা

ওইরম্বা য়াই তাবদমক্ মওইবা, ম্রাদি সূক্ঙাঙ্ ঙাঙ্দবদো।

84

Said one among them — 'Surely not in vain

My substance of the common Earth was ta'en

And to this Figure moulded, to be broke,

Or trampled back to shapeless Earth again.'

85

Then said a Second—'Ne'er a peevish Boy

Would break the Bowl from which he drank in joy;

And he that with his hand the Vessel make

Will surely not in after Wrath destroy.'

৮৪

হায়্রক্খি অমনা ময়াম্দুদগী— 'কাম্দবা ওইরোই সোয়্দনা
চন্নবা লৈবাকসে ঐবু শারিবা লৌশিন্খিবসি অমুক্ হন্না
শাননবা মুর্ত্তি অমা ওইনা অমুক্, অদুগা থুগায়্নবা অমুক্,
নত্তগ, থীংননবা অমুক্ মরোগু নাইদবা লৈখোম্ ওইনা'।

৮৫

হায়্রক্খি অমনা অমুক্— 'তৌদে কৈদৌনুং অঙাংনা শাওগন্বা
হরাওনা মানা থক্চরিবা পাত্রদুবু থুগায়্দুনা মাঙ্হন্বা ;
অদুগা, পাত্রদুবু শাবিরিবা মহাক্মক্তা মথুংনা
শাউরিবনি হায়্দুনসু তৌরোই মদুবু থুগায়্বা।'

86

After a momentary silence spake

Some Vessel of a more ungainly Make;

'They sneer at me for leaning all awry:

What ! did the Hand then of the Potter shake?'

87

Whereat some one of the loquacious Lot —

I think Sufi pipkin—waxing hot—

'All this of Pot and Potter—Tell me, then,

Who is the Potter, pray, and who the Pot?'



৮৬

ঙাইহাক্ পুন্দোম্ লৈক্করগা তুম্মিন্না হায়্রকপ্খি চফু থমনা
শাবিরক্ত্রবা মখোয়্দি থোইনদুম্ মওং তাদনা ;
'নোক্করি ময়াম্না ঐবু ঈসূক্-সুক্তোক্ ঙাথদুনা লৈবগী :
কম্দৌবজাৎনো ! নীক্খিত্রনে ফূজবৈ মখূত্তু শাখিবদা ঐবু মানা ?'

৮৭

মদূ তাবদা হায়্রকখি ঙাঙ্ভব্যাসিংদুদগী অমনা,
শাউবন মৈহৌনা — সূফী কেগাম্ ওইরম্গদ্রা খল্লি ঐনা —
'চফূসিসূ ফূজবগীসূ মরম্দা লোইনা হায়্রো অদূদী ঐঙোন্দা,
কনানো ফূজবনা, তাক্পিয়ু অমুত্তা, অদূগা কনানো চফূনা ?'

88

'Why,' said another, 'Some there are who tell

Of one who threatens he will toss to Hell

The luckless Pots he marr'd in making—Pish!

He's a Good Fellow, and 'twill all be well.'

89

Well,' murmur'd one, 'Let whoso make or buy,

My Clay with long Oblivion is gone dry :

But fill me with the old familiar Juice,

Methinks I might recover by and by.'

৮৮

খুল্লকৃথি অতোপ্পা অমনা,' কৈনোনে, হায়্রি মখোয়্ খরনদি অসুম্মা,
কিহল্লি মহাক্নদি নরক্ কোম্‌দা সংথগনি হায়্না
তোল্লবা চক্‌সিং শাবদা শোয়্‌ব্রবা মহাক্না — ঈমাইপেন্মা !
ফনা ফবনীদা মাদি; শীন্‌বীরক্নি ফনবা মহাক্না লোইনা ।'

৮৯

সোহ্রননা হায়্রক্‌ই অমনা, 'যরে, শাবিগেরা, লৈবিগেরা খৈনিং খৈরো নত্না,
ঐগী লৈথোম্‌সে কংসিল্লক্লেনে য়েংসিন্‌বিদবগী মতম্ শাংন :
হৈথরক্ ও নে কৈদৌগে থায়্‌নগী হৈনজবী মহীদুনা চোৎননবা,
খঙ্জে ঐনা তেক্‌থৎলক্নি ইশাসে তপ্পা-তপ্পা অদুম্ হায়্নগুম্না।'

90

So while the Vessels one by one were speaking

The little Moon look'd in that all were seeking :

And then they jogg'd each other, 'Brother! Brother!

Now for the Porter's shoulder-knot a-creaking!'

91

Ah, with the Grape my fading life provide,

And wash the Body whence the Life has died.

And lay me, shrouded in the living Leaf,

By some not unfrequented Garden-side.

৯০

ঙাঙ্নরিঙৈ চকুসিংজ্না-অসুম্না মথং-মথং অমমম্ ওইনা
থোক্লকুবদা পান্থংলক্পগী থাজদূনা ঙাইনরিবা খায়্না যৌরাংনা ;
হায়্নখি অমনা-অমদা খূনিংনা থিন্নদুনা, 'য়েংঙুনে অদা, য়েংঙু ইনাও !
য়েংঙুদো নোপ্নক্লে ফূজবগী যৈজাসি মখোজ্ কায়াদা থোক্লা !'

৯১

আঃ, ঐগী কেন্নবা পুন্সীনা পীরিবা দ্রাক্ষা মহীসীনা
হক্চাংসি থল্লায় য়াওদ্রবা মতম্দুদা চাম্থোক্পিদুনা
লৈরোন চন্থিরকুণ্ড ঐবু অশংবা উনানা য়োম্লগা,
খ্বায়্না থোঙদানবা লৈকোল্ অমগী চিদাইদা নথোয়্না।

92

Then ev'n my buried Ashes such as snare

Of Vintage shall fling up into the Air

As not a True-believer passing by

But shall be overtaken unaware.

93

Indeed the Idols I have loved so long

Have done my credit in this World much wrong

Have drown'd my Glory in a shallow Cup,

Ans sold my Reputation for a Song.

৯২

ফুমৃজিন্দূনা উফূল্ ওল্লবা হকুচাংসিফাও ঐগীদি

চাইখায়্বিরগদ্র য়ু লায়চুরবনি হায়্না অরেম্বদা মালংদা,

পাঙ্ডচৎ চচ্চবা মীনি লাইনীং চুম্ব মী[1]নম্ভে হায়দূনা

অদুতস্ নত্তনা থম্বিরগদ্রা হন্দোক্লনা খঙ্বি-উবিদা’?

৯৩

অসুক্ কুইনা তশেংন ঐনা নুংশিজরক্লবা মুর্ত্তিসিংদুনতা

তৌবিরন্রে অকায়্বা কয়া তাইবঙ্সিদা ঐগী ইজ্জৎতা

ঈরাক্লহল্লে ঐগী মিংচৎপু থেল্লবা প্যালাসিগী মনুংদা

অদুগা য়োল্সু য়োম্হোক্পিরে ঐগী সন্মান্বু মমল্ লৈতা’।

---

১। মুসলমান্।

94

Indeed, Indeed, Repentace oft before

I swore—but was I sober when I swore ?

And then and then came Spring, and Rose-in hand

My thread-bare Penitence apieces tore.

95

And much as Wine has play'd the Infidel,

And robb'd me of my Robe of Honour—Well,

I wonder often what the Vinters buy

One half so precious as the stuff they sell.

৯৪

অশেংবনি, লাম্নে হায়্জখি হয়া-হয়া রাশক্তিংউ মমাঙ্দা —

অদুবু য়ু ঙাওদবা ওইনা লৈখিব্র ঐবু রাসক্খিবা মতম্দুদা ?

অদুদগীদি লাক্খ্রে অদুম্ বসন্ত অমসুং খূত্তগী গুলাব্তি থাদোক্তনা

ঐগী হীকথরবা সাথনাসু তাখি মচেৎ-মচেৎ চোইনদা।

৯৫

লৌখি য়ুসিনা অকন্বা থৌদাং ওইহন্খিবদা কাফির ঐবু,

পুবিখি হূরান্দুনসূ মানা মিংচৎকী থামেন্চৎপদো ঐগী — য়ারেবু,

ওক্খি খম্লুবদা ঐনা করিগীনোনে লৈরিবসিবু য়ুসুংবনা

মখোয়্না য়োল্লিবা অতাঙ্বা পোত্তুগুম্বগী শরুক্ তথ্বায় অমত্তবু।

96

Yet Ah, That Spring should vanish with the Rose!

That Youth's sweet-scented manuscript should close!

The Nightingale that in the branches sang,

Ah, whence, and whither flown again, who knows!

97

Would but the Desert of the Fountain yeild

One glimpse — if dimly, yet indeed, reveal'd

To which the fainting Traveller might spring

As springs the trampled herbage of the field !

৯৬

আ: ওম্মোক্পনি, মাঙ্খিগনি বসন্তস্, লোয়্ননা অদুম্ গুলাব !

খোয়্থুম্মরবা যৌবন্গী রাশী-শীংবুল্স্ নাইগনি মতম্ থূপ্চিন্বা !

খোংলম্বা খোইনীংস্ তোংদুনা উশাথক্তা নুংশিনা,

খত্তিও কনানা, কৈদৌঙৈনো, কদোম্দনো অমুক্ পাইগ্রবা।

৯৭

ঈফুৎকী তশেংবা শক্তম্ উজবা হাইফেত্তং ফংজরবদিকো

মমি-সামিত ওইরবস্, অদূবু তশেংনদি লৈক্ষম্ খঙ্জরবকো,

খৌরাংবনা ব্রাস্থগদৌরবা লম্কোয়্বদুনা হিঙ্গৎচনবা মদুদগী,

নেখৎপিরবা পাম্বী অমনা লাম্লাংদা হৌগৎচরক্পগুম্ অমুক্তকো !

98

Would but some winged Angel ere too late

Arrest the yet infolded Roll of Fate,

And make the sterm Recorder otherwise

Enregister, or quite obliterate !

99

Ah, Love! could you and I with Him conspire

To grasp this sorry Scheme of Things entire,

Would not we shatter it to bits—and then

Re-mould it nearer to the Heart's Desire!




৯৮

থূদক্তা থারিরবা ক্য়াগুম্ব শাপান্‌বা ফরিক্তা অমনবু,

থূপ্‌চিন্‌খিগদবদো নোংদম্বা মাগী ফক্রোংবু,

হায়্‌জদূনা মিনুংশি খঙদ্রবা কেরানিদূবু কৈনোমা তৌদুনা,

শেম্‌দোক্‌পা নত্তুগা ককথংপা য়ারবদি বোয়্‌দুদগী ঐখোই' মিংবু।

৯৯

হে চান্নবী ! য়ারন্মবদিকো নঙ্‌-ঐ চঙ্‌দুনা হায়্‌জবা মফম্‌দুদা

ফাজিন্দুনা থম্নবা পাম্‌জদ্রবা থৌশীল্‌সিং পুল্লপ খূবাম্মুংদা,

অদুদি থুগায়্‌রম্রোইদ্রনে মচেৎ তানা ময়াম্‌সিবু—অদুদগী

শেম্‌দোক্লম্রোইদ্রনে অমুক্‌ ঐখোয়'নীগী পাম্‌জবা মওং অমদা !

100

Yon rising Moon that looks for us again—

How oft hereafter will she wax and wane;

How oft hereafter rising look for us

Through this same Garden—and for *one* in vain!

101

And when like her, oh, Sáki, you shall pass

Among the Guests Star-scatter'd on the Grass,

And in your joyous errand reach the spot

Where I made One—turn down an empty Glass!

TAMAM

১০০

থিরিবসে ঐখোয়্বু থোক্লিবা থাজসিনা আদ—
তৌথিনি কয়াম কুইনা পান্থৎপা-শিথব মতুংতাব মতম্দ ;
থিথিনি থোক্লক্কুনা কয়াম্ তোয়্না মতুংসিদা ঐখোয়্বু
য়েংদুনা লৈকোল্'সিমক্তদা—উস্ উররোইদবদা, কৈকায়রদবদ !

১০১

অদুগনে, হে সাকি[১], মাগী মতৌগুম্ নঙনসু চৎপ্রবদা
পাক-শম্না লৈরিবা থব্নান্-অতিথি ময়াম্সিগী মরক্তুদা,
অদূগা য়ৌথিনি ঐস্ মফম্দুদা নুঙাইরবা নপাউবু পুদূনা
ওইরুনি ঐস্ অদুমক্—অহাঙবা গ্লাস্ উপথোক্লবদো !

---

১। য়ু য়েন্বা, য়ুপান্নবা মী।

লোইরবা